মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগনা শোক ১৯৬৭-৬৮ গী
অর্ডার নং 31 2 '65 S. E. গী মতুংইন্না শেলগী তেংবাং পীগ্রবা

---

# চাকঙাই ৱারী

ইরিকূ অসিবু পাবা ঙম্লবা অঙাংশিংদা কখোকচরে
ঐগী "চাকঙাই ৱারী"

কুলচন্দ্র

# ৱাহৌদোক

অহাংবা অমদি অপংবা মতমদা নিতিগী ক্লাসতা তম্নৱিবা লাইরিক্ অসি নত্তবা, ৱারী-ৱাতায়গী লাইরিক্ অমদি ঙাইহাক্ নুংঙাইবা য়াবা ফাগিগী লাইরিক্ পাব, নুংঙাইবত নত্তনা পুক্নিং লৌশিং ওই। ক্লাস য়ামগ্রবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী নত্তবা অঙাংশিংনা পানবা লাইরিক্ অসি মৈতৈলোন্দা অত্তুক্ হান্না য়ামদ্রি। মরম অসিদগী, ঐখোয়না অঙাং ওইরিবৈদা তাবদা য়াম্না নুংঙাইরকপা বাঙ্গলা লৈবাক্কী ফুঙ্গা ৱারী খরবু মৈতৈলোন্দা তেন্না ইথোকচবনি। তশেংনা লাইরিক অমদগী অনুবাদ তৌজবা নত্তে। খরস্থু তেন্না, মতমস্থু চংদনা; পাবদস্থু নুংঙাইনবা ইথোকচবনি।

লাইরিক অসিনা খুৎই ওইরিবৈদা শিন্দোক্-শিঞ্জিন্ তৌবগী অৱাবা তেংবাংবিখিবা শ্রীপ্রফুল্লো সিংহ, কৈশামপাৎ; লাই য়েকপিখিবা শ্রীতোম্বা সিংহ নোংমৈবুং, লাইরিক অসি ফোংনবদা শেলগী তেংবাং পীবিখিবা মণিপুর শিক্ষা বিভাগ অমদি লাইরিক অসি থুন পুথোক্নবা হোৎনবিখিবা প্রোপ: দি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস পুম্নমক্কী শিংবা লোইররোইদবা লমল তোঞ্জরে। লাইরিক অসি খর থুনা পুথোক্নব হোৎনবদা শোয়খিবা বনানুগী দমক্ক ঙাকপিগনি আশা তৌজে।

অইবা

কুলচন্দ্র সিংহ

তাং ২৮।৮।৬৮ ইং

# হীরম লমায়

# চাকঙাই ৱারী

# হুয়ানবা অনি অমসুং মচাশিংগী ৱারী

## (১বা শরুক)

থায়না মমাংঙৈদা হুয়ানবা অনিথক লৈরম্মী। মখোয় অনিগী শিন্‌কম হায়বদু হুয়ান্‌বা অসিত্তনি। অদুনা অখোয় অনি অসি হুয়ানবগী লম্‌লোমদদি মখোয়গী খুল অদুদ মমিং কন চৎচরে। কয়ামুক মমিং চৎলবগে হায়বদু খুল অদুগী পোৎমাং চৈমাং অমা হেক থোকপগা হুক্রুই খংদে হুরুদে খংদে মখোয় অনিদ হেক মতাইনরে। মরম অসিদগী নখোয় অনি মথন্নায় য়াম্না মুংঙাইহন্ত্রে। অতোপ্পা খুল অমদা চৎলগা অফবা থবক তৌগনা পুন্সি লেপ্পুরাস হায়নঙ্গনা খুঙং অদু থাদোক্লুনা চৎখে। মরাইবক কবনা নখোয় অনিমক অনৌবা খুল্ অদুদা ইনাক্-কৈরাক্ খুনবা নিপা অমনা থবক অমমম্ পীবিরে। অমনা ইনাক্ খুন্‌বা নিপা অদুগী শল্ শেন্নে। অমনা ইনাক্ খুন্‌বা নিপা অদুগী লৈহাও পাম্বী অময়থকী ঈশিং চাইবা ওইরে। অহল থর ওইবা হুয়ানবা অদুনা অমুক অঙনবদ হোৎনগৎতুনা লৈহাও পাম্বী অদুবু ঈশিং চাইবা হোৎনরে।

মানা চাইগদবা ঈশিংদি— লৈহাও পাম্বী অতুগী মখোং অদু ঈশিংন থুম্ব কাওবতনি। অদুবু মানা মদু ওয় মরৈখিদ্রে। মরমদি মানা হৈঙ্গরিবা ঈশিং অদুনা লৈহাউ পাম্বী অদুগী মখোং হেক য়োৗবগা লৈবাক্না চুপশিনখিবগা চপ হেক মাপ্পুনা মখোং অদুদা ঈশিং মরিক অমত্তা তুংহন্বা ঙম্মমদ্রে। মরম অদুনা মহাক ঙুমিৎ য়ুংবা মতম য়োৗরক্তুনা ঈশিং শোকপদা ৱারক্লবা কান্দ মথন্ত লৈমায়দ তুমথজরমক্ৎ।

নহা থর ওইরিবা হুয়ানবা অতুগীস্থ পংঙুং ঙুংঙাইবা জাৎতি ওইরমদ্রে। মহাক্ত শেল্লিবা শল অদুনা য়াম্ন তমখিরবা মীনা লাক্ত-ক্কানবা ঙমদ্রবা শল অমা ওইরম্লে। মহাক্ত শল অদু শেনগদবগী হেক থাদোকলুবদগী মমৈ ফিরাল শাদুনা চেনবা হৌখে। শল অদুনা লৌবুক অমদগী লৌবুদ অমদা মক্ষম অমদগী মক্ষম অমদা কাও কাওদুনা, লৈরম লৈরম্বা পোৎ অমদি মহৈ মরোং পুম্নমক নৈখায়বা হৌরক্লে। মদু উবদা মপু মপুনা মমিৎ ঈ কানা শাও-নয়ক্লে শল শেল্লিবা মহাকপুদ নত্তনা মপ. মপু পুম্নমক পুখোক্তুনা চৈবা হৌনরক্লে। অস্থম তৌবদগী অকবা থবক তৌদুনা মপুন্স লেনজরগে হায়দুনা খনজরকলিবা নহা হুয়ানব অদু ঙুংঙাইকম খঙহন্নমদ্রে। অদুবু ৱারৈমখৈ তান্নজরুরগা ঙুমিদাংৱাইরম ঙুমিৎ তাক্লম তাক্লম তৌবা মতম অদুৱাইদা কংলদুনা শল অদু মপুগী লাক্তা পুজরকলে। অদুবু মতম অদু কাওবা হুয়ানবা অহল অদুদি ঈশিং শোকপা চাইব মক্তদ। ৱামন খুদুনা হিপথবদগী হৌগৎলমগ্রি। নহা অদুনা শল অদু হোইদুনা পুদুনা লাকপা মতম অদুমক্তদা

অহল অদু মিকপ থোরকলমই। মিকপ হেক্ থোকলকপদা নহা অদুনা তৌরকইবা মতৌ অদু উবদা হায়রকই— "ইতাও, নংদি করিগী অস্থক থেংলকলিবনো?"

নহা— "এ! ইতাওবু ওস্থোকপা হায়বদুনিদা ঐনা শক্তবী অসি দু— আদগী উজাও অসিগী মনাক্ত কৈরিব পুত্রি অসিগী মনাক্তী লমপাক অসিদা শেন্নৈ। ঐনা শেন্নিবা শল অসিদি ওস্থোক কোমগ্রবা, ঐনা শল শেন্নিবনি হায়দুনা 'গমশা' মচা অমা উরুম লাংবা লম্‌পাক অসিদা থারগা পেন্নবা তুমজবা অদুগা শল অসিনা লমপাক্ অসিদা মপুক থন্না চাজবা— মসিনি ইতাওবু ঐগী থবক। অদুনা হৌজিক্ত ঐনা মিকপ থোকলকপদা শল অসি শক্তিক চাদুনা কৈরমই। থেংখে হায়দুনা পুদুনা লাকচ-রিবনা। ইতাওগী থবকসিনা কমদৌবনো?"

অহল— "এ! ইতাওবু ঐগীসিস্তু ওস্থোক্লা স্নুংঙাইখ্রপোংনি মমিংদবু থবক হায়জবদনি। ঐনা চাইনিংই হায়দুনা পংচাই চাই-দুনস্তু কাপ্পদে। ঈশিং বালটি অমত্ত মহৈথৈ মখোং অদু ঈশিংন পুমথুম, অদুন ঐদি ইতাওবু ঈশিং বালটি অমতং জে। হৈথরক্লগা মখোংদ ঈশৈ ওংদুনা তাল থাদুমা অদুম লৈথোক্লে। মমৈথংদ স্নুংঙাইমন-খ্রদুনা তুমখোকপ্রমালে। হৌজিক্ত ইতাওনা লাকপদা মিকপ থোকপদা মঙাইরি।"

অস্তুম্না মখোয় অনি মাগী মাগী থবক্তী মরমদ ৱারী শান্নরবা তুংদ মখোয় আনমক অমনা অমগী থবক অদু মথম্মোই মথম্মোইদ কল্লকখে। মমৈদা মখোয় অনি মাগী মাগী শিনফম অদু

ঙহোক্লগুনা য়েংনবদা লেপ্লরে।

অহল— "করেনে ইতাওবু, ঐ হয়েংদগী শনবী অদু হেক্তা শেজ্জরগে। ইতাওনা হয়েংদগী ঈশিং অদু হেক্তা মচাইবিরো। মসিদা ইতাওনা য়ানিংদবা করি লৈরিবা ?"

নহা— "এ! ইতাওবু ঐগীদি য়ানিংদবা করিমতা হেক লৈজদে। ঐগী হায়ববু ইতাওনা চানবিদুনা থবক অদু শিন্নখোক-পীবদু মদুনা মনুংঙাইজরে। অদুব ইতাওদা করিগুম্ব থরদদি হায়-জহৌগে। ইতাওদি মুমিৎ চুপ্পা অইংব নাপী মথক্তা হিপপীগদবনি, য়াদব শল শেলবা হায়বনি। অদুনা হকচাং কয়া মুংঙাইবিরোই অদুনা ইতাওনা হেন্না মুংঙাইবিগে হায়রবদি চারপাই (কমুং) মচা অমত্তংদি লোইনবীয়ু।"

অহল— "এ! এ! ইতাওবু ঐ লোইন ভাব তাজ্জরে।" অপুম্ব য়ানবদ থংনবা মুমিংকী অয়ুক অঙনবদা হৌদুনা অহল অদুন চারপাই অমা পুরদুনা শল শেনবা চংখরে। নহা অদনা ঈশিং চাইবা হৌখে। অদবু অঙকপদি নহা অদনা ঈশিং বালটি ১০০/২০০ য়োম হৈরকাওবদা লৈহাউ পাম্বী অদগী মখোংগী লৈবাক কাওবা চোৎত্রবোই নিংলক্রে। মহাক ঈশিং শোকপমক্তদা চোকথবনা শিগদৌরে। মুমিৎশু তাগদৌরকলে। অদু কাওবদা মহাকী থবক লোইব নাইত্রে। মমৈথংদা চোকথমল্লদনা তোক-খোকলে।

অশোমদনা অহল অদু নহা অদুনা তাকপা মতুং-ইন্না চারপাই অদু উথা অদুদা কজনা থারে। শনবী অদুবুনা থাদোক্তনা শজিক পিজরে। শনবী অদু হেক থাদোকপগা মমৈ কীরাল শারদুনা

মহৌশাগুম চেনখে। অকং অকংবা লৌ, ইখোল অমদি চুকোল কয়া নৈশায়বা হৌরক্লে। মচু উবদা শোয়রেদনা হায়রুনা হুয়ানবা অহুম্ন কিশি তাখৎতুনা শনুবী অহুবু তায়বা হৌখ্রে। মানা অহুক রানা তায়রিবহু মাগী চায়পাই অহুদদি মথমুমমহ্রে।

মকোক্তা কোক্থোং নাহুনা পুরে। মরমদি মাগী চায়পাই অহু শনমুমবদি মীনা লৌখ্‌গনি অসিনি। মহাক্না মকোক্তা চায়পাই অদুম কোকথোং নারগা চেন্‌বা অদু উবদা লৌবুক্ত নৈরমজিবা মীয়াম অদুনা শাওবদি লাইখ্‌দুনা খুবাক খুদুনা নোকপা হৌরক্লে। মপুক্ লায়বা হুয়ানবা অহু হৌজিক্তি করিনুংগী থবক ওয়জরুরবনো হায়না মপুরিংদা নিন্দা তৌজরক্ক-লমই। অহুবু মমৈদা মথক্ত মী খরনা তেংবাংবিহুনা শাথিরবা শনবী অদু উচিন্ নাচিন্না ফারে। সন্ধ্যা য়াচংবগী মৈ চুখৎনবা মতুং অদু রাইদ শনবী অদু পুদুনা লাক্লে।

য়ুম য়োরকলবদা মখোয় অনিমক খেংনরে। রা মচেং অমত্তা ভাংনদে। মোমোন্ মোমোন্দ মতৌনৈ। নুমিদাংগী চরা চারগা মখোয় অনিগী মমাংথৈগী শিনকম হুয়ানবা ওইবনহুম কায়গনি খল্লরক্লে। রায়মহুদদি জাৎ জাৎ থগ্নরক্লে। অরোইবদা মখোয়না নৈহাউ মখোংদা হৈথখিবা ঈশিং অদু কদাইদা চৎলমগদগে খল্লকলে। খল্লবা য়াবমথৈ থগ্নরুরগা মমৈদা তৌখায়হুনা হেক্তা য়েংলসি লেপ্পরে।

নোংয়াই চবুক লোল্লবা কাল্লি। মীচিক মীরা ওখোল ভাখিক্লে মতম অসিদা হুয়ানবা অনি অহু য়োংপাক অমনে বেলচা (নৈপাক



[ মকোক্তা কোকথোং নাহ্না পুরে। ]

কোংমনবা খুংলাই) অমনে পুরম্ভনা লৈহাউ পাম্বী অম্তুগী মনাক্ত লাকলে। মখোং অম্ভ তৌখায়বা হৌরক্লে। কন য়াম্ন তৌখোক্লবা তুংদ হুয়ানখা নহা অদুনা লৈবাক খোংপদা কয়িগুম্বা কন্ কন্ লাওবা পোং অমা থেংনরে। অনিমক্তী লাংতক্লবা অম্ভ হেনগংল-কলে। নহা অম্ভনা মম্ভ মুম্না য়েংবদা অচৌবা থরুং অমা ওইরমলে। তৌরিবা অহল অম্ভদম্ভ থরুংনি হায়না খংহনখ্রে। নহা অম্ভনা মম্লুং অম্ভ কয়ি য়াওরিবগে হায়ম্ভনা মখুৎ থিংজিন্দুনা য়েংবদা সনা খাঙেল ঙাক্তনা পীক থুম্না য়াওরমলে। অম্ভবু অহল অম্ভদদি মুক্ত ঙাক্ত য়াওই অতৈ কয়িস্নু য়াওদে হায়না খংহনখ্রে। অম্ভবু অহল অম্ভ মপুক্লিংদদি চিংনদবা ঙমখিদে। মমৈদা কায়ক্ত্রে হায়ম্ভনা মকম মকমদা চংম্ভনা তুম্রখে।

পুং অমা অনিয়োমগী মতুংদনি। নহা অম্ভ ইশিংশিনা তুমলি। অহল অদুনা তুমিম্ন হৌগংলদুনা ঙসাইগী লৈহাউ মখোং অদু তাম্না চৎখে। মকম অদু য়ৌরগা য়েংরদা সনা ঙাক্তনা পিক থম্না য়াওরবা চাওরবা থরুং অনি লৈরমলে। মদু উবদা মহাক্লা মাগী ওইরগে থম্নদুনা মখোয়না ঈশিং শোক্লরিবা পুখি অদুগী মপান্দা পুম্ভনা লৈখোমদা ফুমজিল্লে। অদুগা তুমিম্না অমুক চংলক্তুনা মাগী হীপকমদা হীপথখে। মহাক্ল হেক হীপথখিবগা নহা অম্ভ অমুক তুমিম্ন হৌগংলকলে। লৈহাউ মখোংলোমদা চংখ্রে। লৈহাউ মখোংদ লৈহৌবা থরুং অনি অম্ভদি লৈরমক্ত্রে। মমৈদা মানা খল্লে— "মসি শোয়দনা ইতাওনা লোংলম্বা তারে।" অসি খম্লম্ভনা মানা হীপকম লোমদা লাক্তুনা অশেংবা খঙগদবগী

অহল অত্থুনী মশাদা করি করি পকপা লৈবগে হায়হুনা মুন্না য়েংলরে। য়ায়া চেকশিন্না য়েংলবদা মানা অহল অত্থুনী মখোংদ লৈখোম্‌ খর পকপা উরে। মত্থ উবদা পোৎ অত্থ শোয়দনমক পুখিদা লোৎলমগনি খল্লে। অত্থবু লুরিবদি পুখি অত্থুগী কদোম খংবা নাকন্দা, করম্বা মকমদা ওইরমগদগে অসিনি অত্থবু মানা পুখ্রিগী মাইকৈ খুদিংদা কোইনা চৎতুনা থিবা চৌঙ্‌-কলে। মানা চৎলু চৎলুবা মাইকৈদা লৈরম্ব হুত্তোইশিংনা মানা চৎপা মখোল তাবদা ঈশিংদ লোইন চোংথনখিরমই। মরিত্তবা নাকল অদোমদা চৎপদদি হুত্তোই অমত্ত চোংথখিবগী মখোল তাদে। মরম অত্থুনা পোৎশিং অত্থ মরিশুবা নাকল অদোমদা লৈরমলগনি হায়বসিমা খংদোকলে। পংকুই কুইদনা মানা সনা য়াওব পাত্র অনি অত্থ থেংনরে। মত্থ মথক্ত পুথৎলে। অত্থগা মানা ভসাই শেনবা শনবী অত্থ লোথোকলুরে, শন অত্থুগী মনঙ্গল অত্থুদা খরুং অনি অত্থ থাঙ্গৎলে অমস্তুং মাগী হাম্নগী থুরুং অত্থ তান্না চৎলকলে।

নোংঙাল্লে। কাক খোংলহুনা মিকপ খোকলকপা মতমদদি অহল অত্থুনা নহা অত্থবু মাগী মকমদ লৈরমদবা উরে। মানা থুনমক পুখি, অত্থুদা চৎতুনা য়েংলুবদা পাত্র অনি অত্থ লৈরমল্লে। মহাক্না থুনমক শঙ্গোললোমদা চংহুনা য়েংবদা শনবী অত্থুশু লৈরমল্লে। মহাকনা লেপ্লে মত্থুদি নহা অত্থুনা পাত্র অনি অত্থ শনবী অত্থুদা থোঙ্গৎতুনা শোয়দনা পুরম্মগনি।অত্থবু কদোমদনো চৎলমগদবদি? মমৈদা শোয়দনমক ময়ুমলোমদা চৎলম্বা তারে খল্লে। হেক

খল্লবগা থুনমক তাল্লগে। মহাকনা অসুম লাকপদা সনানা মরি পানবা খোংউপ জোরা অমথক মাগী অয়াঙবা শেলনা লৈরক-লমই। মানা কাও কাওহুনা অশঙ্বা লম্বী খি খিহুনা চৎলকপনা নহা অহুনা চৎলমলিবা লম্বী অহুদগী গজ চনিরোম চৎখৎলগা থুংলুরে। মানা মকম অদুদা মতাং চারে খন্দুনা মানা লৈরকইবা খোংউপ অহুগী নাম্ব থাদরমই। অতোপ্পা খোংউপ নাম্ব অদুনা গজ চনিরোম অমুক চৎখৎলগা থাদরমই। অমসুং সড়ক ময়া অদুদা হৌবা উজাও অমদা কাখৎহুনা লৈরমই। নহা অদুনা অসুম লাকপদা সনানা মরী পানবা অহানবা থাদরম্বা খোংউপ নাম্ব অদু থেংনরমই। মদু উবদা মহাক য়াম্না পামলমই। অদুবু নাম্বতনা করি কারগবনো খনবদগী মদু খুল্লক্রে। অসুম মথং মথং চৎলকপদা অতোপ্পা নাম্বদু অমুক থেংনরে। মদু উবদা জোরা ফারে কারগনি, পংলাপস্থ লাপহৌত্রি খন্দুনা শনবী অদু অহল অদুনা তোংলিবা খোংনাং পাম্বী অদুদা পুনশি-ল্লম্মগা নাম্বহু থুনবা চৎখিরমই। মানা হেক চৎখিবগা উধক্তগী হৈরানবা অহু কুমথরক্তুনা শনবী অহু অমুক চিংহুনা পুখিরমই। নহা অহুনা হল্লকপদা শনবী অহু লৈরমদবা উংদা খঙলে— শোয়দনমক ইতাওনা পুরমলগনি। মহ হেক খনবগা মানা মাগী লৈজরবী থাহুনা কন্না তাননরক্রমই অমসুং অহল অহুনা ময়ুমদা থুংলক্রিদৈঙদা মান অহল অহুগী ময়ুমদা হান্ন চংলকদবা খোংজিল অহুদা লুমহুনা লৈরমই। অহল অহুনা হেক থুংলকপা নহা অহুস্থ থোরকলমই অমসুং হায়রমই— "এ! ইতাওবু য়োবিরকলেদনা, অহুদি ইতাও পোৎ অহু য়েন্নরশি লাকও"।

রাকুম অদু অহল অদুস্তু য়ায়মই। খুনমক পোৎশিং অদু মন্থুংগী শুমাং তাগ্রা পুশিল্লমই অমস্তুং য়েন্নবা হোৎমই। চপ মান্নবা মথং মথং য়েন্নরকপদা খ্বাইগী অরোইবদা সনা খাঙ্গেল অমা লেমলে। মতুমদি হয়েং পৈশা ওইনা ওম্বোক্লগা য়েননমসি হায়বদা য়ানমে অদুবু অহীং অতুমদি অহল অদুগীদা থম্বা য়ানমে।

অহীং ওইরকলে। হুরাননা অহল অদুদি কমদৌরগা নহা অদুদা লেমহৌরিবা সনা অদু পীররোইশিগে হায়না থবদা তুম্ব লাকপা য়ারমল্লে। মানা খনবমথৈ খল্লুরগা মাগী ইমুং-মন্থুংগী মুপীশিং কৌশিল্লমই অমস্তুং হায়রমই—“নখোয় পুম্নমক তাও নোং হেক ঙানবগা ইতাও অদু মাগী শরুক লৌবা লাকনি। অদ্বু মাগী সনা শরুক অদু পীনিংদে অদুনা পীদনবা শীল্লগে। নখোয় নোং হেক ঙানবগা শুমাং মতোন্দা কী অঙোবা অমা থাখো। মতুদ ঐ হিপ্লগে। নখোয়ন ঐ শিরে হায়শিমগো। থয়াম থাজনবা ঐগী কোকলোমদ তুলসি পাম্বী অমা থম্মু অদুগা ইতাও হেক লাকপা উবদা নখোয় ঐবু কৌ কৌহনা কপউ।” মুপীশিং অদুস্তু য়ানমে।

নোং ঙাল্লে। নোং হেক ঙানবগা অহল অদু শিরে হায়রদুনা শুমাং মতোন্দা মানা তাকপা মতুং ইন্না থমলে। তাঞ্জা অসিদা নহা হুরানবা অদুস্তু মাগী সনা শরুক লৌবা থুংলমে। নহা অদনা হেক য়ৌরকপদা মুপী ময়াম অদুনা হৌনদুনা কপ্পরল্লে। ঙাইহাক মুম্না য়েংলগা তুংদা নহা অদুনা হায়রকই—“করে শিরব-নিনা কররমতৌনি। নখোয়দি মুপী ঙাক্তনি লৈহৌরো। ইতাওগী

সংস্কারদি ঐ তৌরুরগে"। অসি হায়রত্থনা নহা অত্থনা চক খুদাপ অমা লৌরয়ে। মত্থনা থৌরি মচা অমা তারে। তুমাংদ তারিবা মতাওগী মখোংদ ক্রক ক্রক লাক্কুনা কয়া পুনশিল্লে। অমসুং পোৎলোইকম তান্না শ্রো শ্রো লাক্কুনা চিংত্থনা পুশ্লে। সড়ক্তা চিংঙ্খনা পুবত্থদা মশা অত্থ ঈহিং-নাহিং শারে। অত্থবু মত্থ ফাওবা য়া ঙাংলুয়বদি অমুক হন্না সনা শরুক নত্রগা পৈশা থোয়কপা তারে খন্দুনা তুমিন্ন চৈনা থাংশ্রে। দোশানা য়াদবনা নহা অত্থনা হেক তৌরিবমখৈ য়াব তাশ্রে।

অস্থুয়া মানা ঙমত্থনা নহা অত্থগী শরুক থুংবিশ্রে। নহা অত্থনা নমত্থনা পুখিবনা সুমিৎ তারুম তারুম তৌবদা পোৎলোইকম য়োরে। পোৎলোইনবা শীং শেমলিঙৈদা মৈ পুয়ক্তে হায়বা নিংশিংলক্লে। অত্থবু মানা মৈ লৌবা চৎশ্রিঙৈদা অহল অত্থ চেনখিরম্বা য়াই হায়ত্থনা চৎত্রে। মানা অহল অত্থ মমৈ মকোক ঙহোক্কুনা চরু অত্থনা উশা অমদা কিশিল্লে। মহাক মশামকম্থু উশা অমদা কমত্থনা লোৎতুনা লৈরে। চৈরক অসিদা গুণ্ডা পার্টি অমা লাকলমই। অশিব মী অমা য়ানত্থনা লৈবা অত্থ উবদা গুণ্ডা মকোক অত্থনা য়াকম অমা হৌদোকলমই— "ব্রাহ্মন পণ্ডিত-শিংনা হায়নৈ মত্থদি কনা কনাগুম্বনা যাত্রা তৌদনা থোরক-পদা মী অশিবা থেংনয়বদি অকবা মঙ্গলনি। অত্থনা ঐখোয়স্থু হোরেল মাইপাক্নন হন্নকলবদি য়ুম চংজিঙৈদা অশিবা মশা অসি হান্নন মৈ থাদোকসি।" ময়াম পুম্নমক য়ানরে। ঙাইহাক্ক লৈরগা গুণ্ডা ময়াম অত্থ হন্নকলে। মখোয়না য়ানখিবা মত্থং

ইন্না য়ান্দুনা লৈয়মলিবা অশিবা অদু বু মৈথাননবা হোৎনয়কলে। অহল অম মতম অম কাওবা য়া ভাংলমাদ্রে ময়মদি য়া হেক ভাংলূবদা নহা অদুনা সনা শরুক পীয়ো হায়য়কদৌরি। হুয়ানবা কাংলুপ অদুনা শীং থিরুদুনা পোয়কলে। অদুগা য়াক্লিবা মী অমগী মকোক মপাদ থম্লগা মৈ থাগৎপা হৌরকলে। তাঙ্গা অসিদা ভসাইমথৈ শিসন্নরিবা অহল অম ক্রং ক্রং চোংবা হৌরকলে। খুদক অমদা উথক্কী নহা অমস্থু লাও খোংলম্না চোংথরক্লে। হুয়ানবশিং অম মখোয় মখোয়না পুরকপা সনা, লুপা, পোৎ-চৈশিং অম হন্দোকূলমম্না তুংকাও হন্না য়েংঙমদনা চেনখ্রে। থাদয়মলিবা সনা লুপা ময়াম অম হুয়ানবা অনি অমনা ফংহৌয়ে অমস্থং নুংভাইনা পাক্লে।

---

## (২শুবা শরুক)

মমিং চৎলবা হুরানবা অনি অসিগী মতিক চারবা মচানিপা অমমম্ পোক্লমই। মপা মপানা মখোয় মখোয়গী মচাশিং অদুস্থ মখোয়না হৈনবা শিনকম অদোমদ থাজন্নগে শনখিরমই।

মখোয়গী থুঙ্গং অদুদা মমিং চৎলবা হুরান-চিন্থী তম্বিনবা ওঝা অমা লৈরমই। মখোয়না মচাশিং অদু তায়রিবা ওঝা অদুদা মখোয়না পামজবা শিনকম অদু তমহন্নবা থারমই। অস্থুম অস্থুম তেম্লক্পনা অহল থরা ওইবা হুরানবা অদুগী মচানিপা অদু মপানা পামজবা শিনকম অদুদা মমিং য়াম্না চৎলকলে। শিনকম অদুদা মপাবু লাম্বা তৌবদা পংনোপ নোপলকত্রে, মপাগী মচামক্লি মহাক্কী খোইদোক হেন্দোক্ল হৈশিংব অদু মথাগী অস্থুম চাং য়েংলমই :—

ওঝা অদুগী ময়ুমদগী পংলাপ লাপ্তুনা খাণ্ডপোকশং অমা লৈরমই। খাণ্ডপোক অদুগী মথক্তা খোংক্রুম পাম্বী অমা মরী চত্তুনা পাল্লমই। খাণ্ডপোক অদু ঈনা কুপ্লনি। খাণ্ডপোক অদুগী ময়াইরাইদা খোংক্রুম অচৌবা অমা পাল্লমই। খোংক্রুম অদু কঞ্জমনগ্রহুনা খাণ্ডপোক অদুগী মপু হন্নুবা হন্নুবী অনি অহনা নিতি নুমিৎ খুদিংগী য়েংজরমই। খাণ্ডপোক অদু অস্নুপকী মতিক কংলমত্রে মহুদি মথক অদুদা উচি অম কাওবা মপু তাহন্দনী

কাবা ওমলমদে। উচি অমত্তনা হেক্ক কারুবদা কত্ত হৌদি লৈবাক-নচিংবা ময়াম অমা তারকতুনা হনুবা হনুবী অনিনা হীপচরিবা মকম অত্থ হীম্ন য়ারমদে। মরম অত্থনা কনা অমতনা খোংক্রম অত্থ হুবা ওমলমদে। মত্থ মুন্না খংলবা ওঝা অত্থনা মাগী ছাত্র-শিংহুদা খোংক্রম অত্থ মপু খঙহন্দনা অমদি কাহন্দনা হেকলকপা ওম্বা মী অত্থনা খ্বাইদগী হেন্না হৈরবা ছাত্রনি হায়না লৌগনি হায়না লাওখোক্লমই। মত্থ তাবদা হুয়ানবা অহল অত্থগী মচা-নিপা অত্থনা মা ওমগনি হায়না চোংথোক্লমই। মহাক্না হুয়ানবা চৎপদা থৌরি অমনে, হৌদোং অমনে অমস্থং থাং অমতংগনে শিজিন্নগে হায়বদু স্থু য়াবিরে। অহীং থেংলকলবদা হুয়ানবা নহা মচা অদুনা হৌদোং অদুনে অমদি থৌরি মচা অদুমনে পুরদুনা খাওপোক মনাক অত্থদা থুংলরে। অত্থগা অহল অনি অত্থনা শানরিবা রারী অত্থ তাহনা লৈরমই। ডাইহাক তারগা মহুংগী রারী শানবা অত্থ লেপখ্রে। শানরম্বা রারী অত্থনা লেপখ্রবদা হুয়ানবা অত্থনা অহল আন অত্থ তুমথখ্রে হায়না লেপলে। রারী অত্থনা লেপখিবা পুংখায় অমুক লৈরগা হুয়ানবা অত্থ খাওপোক অত্থদা কাথংখ্রে। মহাক্না হেক কাখৎখিবগা মকুম-মরাং ময়াম তুম্নিবা অহল অনি অত্থগী মথক্ত তাবা হৌরক্নে! হনুবী অত্থনা থুনমক হৌগৎতুনা হনুবা অত্থ হৌদোক্লমই অমস্থং হায়রমই—"হনুবা, খোংক্রম হুয়ানত্র কৈনো অমা তৌরেদা।" রাইহে অত্থ হেক তাবদা হুয়ানবা অদুনা মানা পুরকলিবা হৌদোং অদুগী মঙকশমদা খংমেৎ হেক মেৎলুবদা হৌদোং অদুনা ম্যাও ম্যাও

হায়না অনি অহুমলক খোংলমই। মহু তাবদা হন্নুবা অহুনা হায়রকই— নংবু তাব্রব্রনে, হৌদোংনিনে খোংলিবসে।" তাঙ্গা অসিদা হুরানবা অহুনা খোংক্রেম অহু থাংনা কক্থৎলমই অমস্তং থৌরি অহুনা কন্না পুনশিন্নমই। অহুবু হৌজিক লুরিবদি মপুনস্থু ফাহন্দনা কমদৌনা পোৎ অহু পুগদগে অসিনি। হন্নুবা অহুনা হৌদোংনি হায়বহু হন্নুবী অহু ইথা থাজরমদে। য়ুম অহুগী হাই-ন্নিবা মহাই, তারকইবা থুনাম্বা ময়াম অহু উরগা হৌদোংনি হায়-বসিদদি ইথা মথাজদ্রে। অহুবু হৌদোংনি হায়হুনা অহুম মখন-দোকলে চিংন চিংননা! তাঙ্গা অসিদা হুরানবা অহুনা য়ুমথক্তগী হৌদোং অহু লৈবাক মখাদা লংথরকলমই। অরাংবা মক্কমদগী লংথরকপগী চৈনা অহুদা হৌদোং অহুনা বন্না খোংলমলগা য়ক লাওবা খোঙ্কেল অমগা লোয়ননা তুমিন্ন লৈখিরমই। মহু তাবদা মন্নুংদা হীপলিবা হন্নুবা অহুনা হন্নুবী অহুদা হায়রকই— "য়েংউ তো তারব্রা? হৌজিক্তি হৌদোংনি হায়বা খংলেদনা।" অস্নুম্না হৌদোং অহুনা কন্না খোংবগী মখোল অহুদা হুরানবা অহু কুমথহৌরে। হৌদোংনি নত্তে য়েৎনরিঙৈদা করিমত্তা তাহৌদ্রে অসোমদনা নহা অহুনা খোংক্রেম অহু পুহুনা থুনা য়াংনা চেনখ্রে। মথংগী অয়ুক্ত হন্নুবা হন্নুবী অনিগী খোংক্রেম অদু পান্নমব্রবদা হুরানবা নহা অহুবু খ্বাইদগী হৈবা হুরানবনি হায়না মাগী ওখানা ময়ামবু খঙহনখ্রে। অমস্তং মাবু হন্ন হন্ন থাগৎখ্রে।

অদুবু মপা অদুনদি মচানিপা অহুবু ইথামক মথাজদ্রি। মপানা মাবু অস্নুম চাংয়েংলমই— "সে লৈবাক অসিগী মহারাণী

মঙকশমদা শিরিবা সনাগী লীকফাং পরেং অদু হুদনা পুরকপা ভুম্নবদি নংবু হুরানবদা পক্কা ওইরে হায়বসে থাজরগে নত্রবদি য়াখিরোই।" মহু তাবদা মচানিপা অহুনা থোনা ফনা অহুবুদি হুবিরুগে হায়বগী মতাংগুম চোংথোরকলমই।

নহা ওইরিবা হুরানবা অহুনা কোন্নুং অহুগী অকুপ্পা মরোল পুম্নমক শংদোকলে। কোন্নুংগী থোংজাও মরি, লৈরিবা ফকলাং, নিংথৌ অমদি মহারাণীগী লৈফম, মীনাইন কয়া হীপ্পা, শস্ত্রীনা কয়া লৈবা অসিনচিংবা অকুপ্প মরোল মথৈ কোন্নুং মন্নুংগী মী অমদগী শিং-নাম্ন শংদোকলে। মচাকশিং অহু লৈরবদা নোংমা নুমিদাং অনা থবক অহু পাংথোক্লবা লেপলে। মহাক্কা লোয়ননা থাং অমনে, শুংথ অমনে অমদি য়েংথাপী অচৌবা খরনে পুরহুনা অমুবা কীজোল ভাক্তা শেংলহুনা যাত্রা তৌরকলে। অহানব-মক্তদা কোন্নুংগী থোংজাও অদোমদা লাক্লে। শুপীশিংগী লৈকম "জেনানা" অহু য়োনা চংবদা থোং মরি লানবা তাই। থোং খুদিংদা থোংভাকপা তরা তরুক তরা তরুক লৈ। অদুবু মী তরা তরুক অদুম অহীংচুম্ন শংবাদ নত্তে। পুং খুদিংগী মী তরা তরুক অদু অমুক অমুক শিনৈ। অতোপ্পা তরা তরুক অমা অমুক লাকই। অদুনা পুং খুদিংগী থোং অদুদা চৎখিগদবনে অরাকপনে লিঙ্গা মী কুহ্নানিথোই পুল্লি। হুরানবা অদুনা অদুগুম্বা অরাংবা অফম অদু কুপ্পা শেম্নহুনা মীয়াম চরাং চরাং তৌরক্লেদা থোং লানশিনহ্রে। অমম্বগা ওইবনে ফিনগা মুবনে য়াম্না কাল্লয়ে। ...চুম্ন লানশিল্লগা মথংগী পুংকম অমুক ভাইবাদ থোংজাও আনদুগী

মরক্কে লৈরিবা অচাংব অমদি লৈকোল অদুদা অদুম মলেংল্লা মথং মথং লানশিনখিদুনা মরিশুবা থোং লানশিনগ্রে। মরিশুবা থোং হেক লানশিনখিবদগীদি মাংদা মহারাণীগী কা অদু অদুম মরৈরে। অদুবু মদু দলানগী অহুমশুবা মথোলগী মতোন্দা লৈরমই। মন্নুংগী থোংশিংস্তু থিংলি। কদায়দনো চংগদবা? মন্নুং অদুদা ভোল্লবা মৈ অমস্তু থাল্লি। অদুগা মীনাই নিপাল কৈনো অমস্তু মুক্রম মুক্রম শোল্লি। মদুনা নিংথৌ-রাণী আনিবু তুম্বা থেম্নবা রারী লিবা মী ওইরম্বা য়াই। অত্তবু কমদোনা মথক্তা কাগনি? মন্নুংগী থোং হায়রে লোল্লি, শন্ত্রী চায়র ভারীনি। মথুংত চায়র য়োংপী খরগা নুংথং মচা অমগদনি য়াওরিবা। মুম্ন খল্লবা তুংদা উপায় অমা পুথোকলে! কোন্নুং মন্নুং অত্তদা পুংশিং তাকপা ঈশিং ঘড়ী অমা লৈরমই। পুং খুদিংগী চিনাগী কাংশি অমা লৈ মত্তদা পুং মশিং হেক হেক য়ৈরকই। পুং অত্তু অস্তুপকী মতিক হোই। মত্তদি কাংশি অত্তু অমুক্তং য়ৈবদা মিনিট অমকাদি ভাংত্তুনা লৈ। মত্তুনা মতেং ওইত্তুনা পুংশিং তরা য়ৈরকপদা হুরানবা অত্তুনা ক্রুক্লাং অত্তুদা য়োংপী তরাখক থাজিলহৌরে। তরাশুবা পুংশিং খিংবা লোইরগা মাপলশুবা য়োংপী অত্তুদা নেংলগা তরাশুবা অত্তুদা পায়ত্তুনা তরামাথোইশুবা পুংশিং ভাইরি! অশুম্না থাবনা পুংশিং তরানিথোইরক য়ৈবদা য়োংপী তরানিথোই থাজল্লে। ম অত্তুদদি মথক্তী কা কংলে। মথক্তী কা অত্তু য়োরবদা উরে মীনাই নুপী অমনা লাইরিক পারি। মহারাণী অত্তুনা নিংে মনাক্তা সনাগী কমুং অমদা হীপ্লি। কোন্নুং মন্নুংগী লঙলবা মৈঙ

মরক্তা রাণীগী ঙকশমদা শিরিবা সনাগী লিকফাং পরেং অদুনা তগুপ তরেংনা ঙাল্লি। রাণী অদু ৱারী অসুম তারম্বদগী তুমথক্রে। লাইরিক পারিবী অদুসু তুমলি তুমলি তৌরক্লে। মতাং অদু য়েংলদুনা হুরানবা অদুনা মীনাইনুপী অদুগী নাকন্দা চংখ্রে। থুদক্তা মীনাইনুপী অদুবু মখোল খোকহন্দনা হাপ্তোক্লে। ৱারী অদু মহাক্না ঙাইহাক পাশিন্নরে। নিংথৌ অমসুং রাণী অনিদুদি য়াম্না নুংঙাইনা য়াতাখ্রে। থুদক অদুদা হুরানবা অদুনা মীনাইনুপী অদুগী ফীজোল শেংচিল্লে। রাণীগী ঙকশমদা শিরিবা সনগী লীক্ফাং পরেং অদু লৌথোকলে, অমসুং থুনা য়াংনা থোরক্লে। মনুংগী অতৈ মী পুম্নমক মাবু কোনুং মনুংগী নুপী ওইরবোই নিংক্লুনা ইকোম কোম্ন থাদোরক্লে। অসুম্ন মপাল য়ৌরকলে। নোং ঙাম্লকপদা মপাগী মথুংতা লীকফাং পরেং অদু পীরে। মপা অদু পুমঙক্ ঙকখ্রে। মহাক্না মশাগী মমিৎ অনি অদু কাওবা থাজরক্লে। মচাগী হুরাননদা লৈরকলিবা চলাক অদু উবদা মচাবু হম্না হম্না থাগৎপগা লোইননা কুইনা পুন্সিবা ওইসনু হায়না বর পিখ্রে।

অশোমদনা নোং হেক ঙাম্লকপদা মীনাইনুপী অদু শিদুনা লৈরম্বা অমদি রাণীগী ঙকশমদা শিবা লিকফাং পরেং য়াওরমদবদা লিংলৌ-রাণী অনিমক পুমঙক্ ঙকখে। ময়ামসু করম তৌনা অসিগুম্বা অসি থোক্লগা ফাবা ঙমহৌদ্রিবনো হায়বসিদা ঙক্লখে। মথং মথং হংনরকপদা থোংশংবা অমনা পাও পীরে— "ঙয়াং ঙুমিদাংদি মীনাইনুপী অমত্তুংদদি মপাল থোকখি।" তশোংনা

হুৱানখে হায়বন্থু খংলবদা নিংথৌনা মীহাৎপা অদুগী মরি মখোং খরদং পীবা ভম্বা মী অদুদা মনা মথুম চাওনা পীগনি হায়না লাওথোকখরে। অদুবু মদু অরেম্বদা তাপ্রে। মমৈথংদা নিংথৌনা উট অমা পুথোরক্ৰবা হুকুম তৌরে। উট অদুগী মনক্ললদা সনা খাঙেল ভাক্তনা পিক থম্বা হাপলবা খাও অনি য়ানশিল্লে। অদুগা লৈবাক অদুগী মকম্ মকম্ খুদিংদা চৎনবা য়াথং তৌরে। উট অদুবু ভাক শেম্লবা মী অমম্ম হাপলে। নিংথৌ অদুগী ৱাখলদা মদু রাণীগী সনা হুখিবা হুৱানবা অদুনা উরগা শোয়দনা পাম্মক্লনি, অমদি মদু ক্ষংনবা শোয়দনা হোৎনরক্লনি অসিনি। নুমিৎ নিনি চুপ্না উট অদু সহর কোইরে। অদুবু খুদোংখিবা করিমত্তা থোকত্রে।

হুমনি শুবা নুমিৎকী শুমিদাংৱাইরমনি। উট শেম্লবা নুপা অদুনা উট অদু অস্থুম শেম্লদুনা চৎলকপদা সন্ন্যাসী অমা মক্ষম অমদা মৈ হৌরদুনা লাই নীংদুনা লৈরমই। সন্ন্যাসী অদু রাণীগী সনা হুৱানখিবা হুৱানবা অদুনি। মহাক্না উট থৌবা নিপা অদুদা হায়রমই— "চাচল ইনাও, করিনো তৌবিরিবদুবো? নিংথৌগী উটতগীবু কনানা পোৎ হুবিগনি হায়বগে? অদুগী শরুক-পুদি কুমথবিরকখো হৌদাক ভাইহাক থকমিন্নখিসি।" উট থৌম্লিবা নিপা অদুম্ম চুমবোই খল্লদুনা কুমথরক্লে। উট অদু উ অমদা পুন্শিল্লে অদুগা হৌদাক থকপা য়াওখ্রে। হুৱানবা অদুনা ভাওননবা পোৎ কয়া হাপচিন্দুনা হৌদাক অদু পীথক্লে। ভাইহাক লৈরগা নিপা অদু নেশা অদুনা পঙলদুনা তুমথখ্রে। খুদোংচাবা অদু লৌরদুনা হুৱানবা অদুনা উট অদু

চিংথুনা কনা অমত্তনা কংলয়োইদবা মকমদা থমখ্রে।

মথংগী অযুক অদুদা নিংথৌ অদুনা তারে মতুদি উট থৌবা নিপা অদু সড়কী নাকল অমদা নেশানা উংতুনা তুফনা লৈরমলে অনসুং উট অদুগা সনা অদুগা কোপ্পনা যাংখ্রে। মতু তাবদা নিংথৌ অদু শাওবনা মৈ হৌখ্রে। শাওমনখিবমা হুৱানবা অদুবু ফাবা ঙম্বা মীদা লুপা লাখ অমা পীগনি লাওথোকখ্রে। পাও অসি তারবদা নহালমথৈ মমিং পংচৎ চৎতুনা লৈঞ্জরকলিবা অংতোপ্পা হুৱানবা (অনিশুবা হুৱানবগী মচা) অদুমক তাল ফন চারে হুৱানবতু ফারগা মানা লৌরগে লেপলে। হায়রিবগী মাল হুৱানবা অহল অদুগী মচাবু চিংনরকলিবনি।

মথংগী নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমনি। হুৱানবা নহা অদুনা হুপৌগী ফিজোং শেৎচিল্লে অদুগা কপল কপলদুনা যুমথোং যুমল্লোং চংদুনা উটকী উনশা মচেৎ অমতং নিরমই, মতু ফংখ্রেবদি যাগী অমতং পোকচবা মচানিপা অদু শিনা তারে হায়জরি। অংথম অংশুম লাকপা হুৱানবা (নিংথৌগী সনা হুৱানবা) অদুনা লৈরিবা মফম অদু য়ৌরকলে। মতম অদুদা হুৱানবা নিপা অদুদি লৈরম্লে। মতু থবকলদুনা হুৱানবগী লুপা অদুগী মখোদি ফংলবা উটকী উনশা মচেৎ অমতং পীনবিখ্রেবদি যাগী মচানিপা অদু শিবা তারে হায়না হায়জরে। হুৱানবগী লুপা অদুনা কনাবা মখো অদু উবদা লুপা থখোক্তই ওইদনা লুপাশিনা লোইরক্লবদুনা হায়রকই— "হাইখো, ঐ অমুক ফংবা তাঙ্গা লেপে।" মতু তাঙ্গমলগা লুপা অদুনা উট ফুমশন অদু তাঙ্গা চত্থরগা মফম অদু হংদোকখিবা উটকী

উনশা মচেৎ অমা লৌরগা পুথোক্নুনা পীরে। হুরানবা নহা অহ হরাওবদা মপা লৈরমদ্রে। খুনমক মহাক্না নিংথৌদা চৎতুনা ডারোগা খরদং পীবিররদি হুরানবা অহ লায়না কাবা উমলগনি হায়না হঙ্গৎচরে। নুমিদাংথুমক্তদা হুরানবা মপা মচানক কারে। উট অহুস্থ হল্দোকহল্লে। ইমুং মনুংগী মাল-চাং পুম্নমক কাগৎলে। মথংগী নুমিত্তা নিংথৌনা বিচার তৌরে। বিচার অহুদা হুরানবা নিপা অহুনা অহৌংদা মীনাই হাংলম্মা, সনা হুরানবা পুম্নমক অহু মহাক মশামক্তি হায়রবা য়ারে অমস্তুং মাবু কাননবা হোংনরকলিবা নিপা অহুস্থ হুরানবনি হায়না তাকখোকলে। মহুগী ওইবা য়াবা শাক্ষী কয়া পীশিল্লে। নিংথৌ অহুনা হায়দোকপ্রবা রাকম্নি হায়হুনা হুরানবা কারকপা নিপা অহুদা লুপা লাখ অমা পুথোক্নুনা পীরে। মাগী মীনাইশিংদা কোম্ মরি তৌ লায়হুনা য়াথং তৌরে। কোম মনুং অহুদা শাথি শাখিরবা নৈগী তিংথং থাদহল্লে মহুগী মনুংদা হুরানবা মপা অনি অহুনে মচা অনি অহুনে হিংনা হিংনা অহুম কুমাজনখ্রে।

# ভূতনা ওনবা ব্রাহ্মণ

মতম অমদা য়াম্না লাইরব্রবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই। মহাক কুপি ওইরম্বদগী মহাক্কী পুক্নিদা লুহোংবা হায়বসি ওন্থোকনা য়ানা থোকলে। মানা ইনাক্ কৈরাক থুনবা মীদা চং চত্নুনা শেল খর খর নিরমই। মহাক্কী চংগদবা শেল য়াম্না য়ামই। লুহোংবগী শিল লাংনবনে অমদি মুপী ময়ুমদা পীনবনে। অদুবু মানা অমদগী খর লৌজ্ অমদগী খর নিজ লৌরুনা শেল ফন য়াম্না তুংশিনজরে। য়ারনি হায়বা কাল অদুদা মুপী অমা লুহোংলে অমসুং মমাগী নাক্তা পুরক্লে। মতম খরা লৈরগা নোংমা ব্রাহ্মণ অসিনা মমাদা হায়রমই— "ইমা! ঐ নখোয় অনিবু থাকনবা শক্তি লৈত্রে। অদুনা ঐ লংকৈফদা মতম খরদং চৎতুনা শেল তাম্লুগে। মী অমা ওইত্রি ফাওব পাক থোক্লকলোই। ঐনা অঙুম অঙম্বা শেল থাবকনি। মদু ইমানা চেকশিন্না শিজিন্নবিয়ু অদুগা নমো মুপীবুসু রারক বাতেমতুনা লৈবিয়মউ।" মমা অদুসু মচানিপাগী রা অদু য়ারে। মমাগী য়াথং ফংলবদা ব্রাহ্মণ অদু লংকৈ চৎনবা অয়ুক অদুদা যাত্রা তৌখরে।

মুখিৎ অদুগী মুমিদাংরাইরমদুদ ভূত অমনা ব্রাহ্মণ অদুমক্কী শক্তম লৌরদুনা য়ুম অদুদা লাকলে। লুহোংদুবা পংকুই কুইজ্রিবী মুপী অদুনা মপুরোইবা ওইরবোই নিংদুনা হায়জরমই

—"করিগীনো অদুক থুনা হনবিরক্লবদি, চহী য়াম্না চৎকদবনি হায়বিবদুনা কঁরম্বনো অদুক থুনা পুকচেল ওনবিরক্লিবসিবো ?" ভূত অদুনা থুম্মকই— "ওসিদি মঙ্গল করে অদুনা হনলকলবনি ।" মমা অদুনস্থু মচানিপা নত্তে ভূতনি হায়বসি থঙলমদে। মরম অদুন ভূত অদুন য়ুম অদুগী ব্রাহ্মণ অদু শারদুনা হন্থবী অদুগী মচাদ মচা শারদুনা লৈরকলে। ভূত অদুনা লৌহিবা ব্রাহ্মণগী শক্তম অদু ব্রাহ্মণ অদু মান্মনশ্রদুনা লৈকোক লৈকায়গী মী অমতনস্থু মাবু ব্রাহ্মণ অদু নত্তে হায়বা লৈত্রে। চহী থর লৈরবা তুংদা ব্রাহ্মণ মচা অদু লংকৈদগী থোরক্লে। অদুবু মানা মসুম য়োবা মতমদা মাগা চপ মাম্নবা ব্রাহ্মণ অমা মা শাদুনা লৈরম্বা অদুদা পুমজক জকখ্রে। ব্রাহ্মণ মচা অদুনা চংলকপা উপদা ভূত অদুনা হায়রমই— "নং কনানো ? নং য়ুম অসিদা কৈদোথা লাকপনো ?" ব্রাহ্মণ অদুনা থুম্মকই— "এবু কনানো হংলিবা নংদি কনানো ? ঐদি য়ুম অসিগী মপুনি, গুপী অসিনা ঐগী মুপীনি, অহল অসিনা ইমানি" ভূত অদুনা অমুকস্তু হায়রকই— "করিনো ওহোঙ্গা জল্লেদা মী পুম্নমক অসি ঐগী য়ুমনি হায়বা খজদুনা লৈরপোংনি। নহা অসিনা ঐগী মুপীনি, অহল অসিনা ইমানি। করিনো ব্রাহ্মণ নংবু ভাওরত্রা ?" অসি হায়ংদুনা ব্রাহ্মণ মচা অদু ভূত অদুনা তাম্হোকপিরক্লে। অশেংবা ব্রাহ্মণ মচা অদু পুমজক্ জকখে। কবি তোগদগে থংত্রে। মমৈখংদা গতি লৈরক্তদুনা নিংথৌদা রাকৎপা চৎখে। বিচারগীদমক্তা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অনি অদু কৌখৎলে। অদুদু অশেংবা ব্রাহ্মণ অদুগা ভূত অদুনা ওল্লিবা

ব্রাহ্মণ অদুগা অনি অসি মায়মন্‌থ্রহনা বিচার তৌকদ থংল্লে। মমৈদা নিংথৌনা গতি লৈত্রবনা বিচার অদু য়েংথোক য়েংথোক্তনা থমলে। সুমিৎ খুদিংগী কায় সুমিৎ খুদিংগী য়েংথোকই। সুমিৎ খুদিংগী ব্রাহ্মণ অদু মকোক্তা মখুং হাপ্লনা, কয়ি কয়িত্তবদু ময়াইবক্তা খুৎচুমা তৌনা অঙাওবগী পান্দম ওম "কৎখিত্রবা মংলাবদি কৎখিত্রবা নিংথৌনি, ঐবু তাস্থোকপীয়ে বিচারসু তৌবিয়ে" হায়না শোন শোল্লুনা চৎখি।

সুমিৎ খুদিংগী ব্রাহ্মণ অদুনা গতি লৈত্রবনা হল্লকপদা শঙ্খেনবহা থম্বা ইতৎ তৎতনা শাগ্রবনা লৈরম্বা থেংনরমই। শঙ্খেনবহাশিং অদুনা মখোয় মখোয়গী শলশিং অদু লোবুক অমদা পুল্লপ শজিক পীজবনা থনমই। মখোয়না পুল্লপনা উবা অমদা কমবনা শাগ্ররমই। মখোয়গী মশায়দি— মখোয়গী মরক্তগী অমনা নিংথৌ শাবা অমনা মন্ত্রি শাবা, অমনা পুলিসকী মকোক শাবা— অদুগা বিচারনচিংবা তৌবনি। মখোয়না অমুক শারিমিংডদা ব্রাহ্মণ অদুনা খুংতিমকী কপ কপতুনা চৎপন্থ উরমই। নোংমদি শঙ্খেনবহা নিংথৌ অদুনা মন্ত্রি অদুদা হংলমই— "ব্রাহ্মণ অসিনা খুংতিমকী কপতুনা চৎলিবসি করিগীনো ?" মন্ত্রি অদুনা খুম্বা ঙমদ্রবদা নিংথৌ অদুনা চায়োগা অমা থায়গা ব্রাহ্মণ অদুবু কৌহনলমই। মখোয়গী মরক্তগী পৎখিবা চায়োগা অদুনা ব্রাহ্মণ অদুদা হায়রমই— "ঐনিংথৌনা নংবু মায়া থুনা লাক্কবা হায়দে হায়রকই।" ব্রাহ্মণ অদুনা খুম্লকই— 'করিগীনো ? ঐ চৌজিক্ত নিংথৌগী দরবারশংদগী লাকজিবনি, চন্নেং দাকই হায়রবনা হায়রকলগা করিগী অমুক কৌরিবনি হায়বগে।"

"নখোয়গী নিংথৌনা নত্তে, শঞ্জেননহাশিংগী নিংথৌননি।" "শঞ্জেননহাগী নিংথৌ হায়বদি কনানো?" "লাকও অহুগা খংগনি।"

নিংথৌগী মনাক য়ৌরকলবদা ব্রাহ্মণ অহুদা করিগী মানা হুংতিমক্কী কপ্পুনা চৎলিবনো হায়না হংলকলে। ব্রাহ্মণ অহুনা মাগী থোকখিবা ৱারী অহু লীহুনা তাহল্লে। ৱারী অহু তায়বা তুংদা নিংথৌ অহুনা হায়রকই— "ৱারুগন্থ ব্রাহ্মণ, ঐনা নংবু নংগী হায়গী ফিভম অহুদা থম্বিগনি। তৌবদগি নংনা নখোয়গী নিংথৌদগী বিচার অসি ঐনা তৌবা য়ানবা য়াথং অমত্তংদদি লৌরকপা তাউ।" ব্রাহ্মণ অহু চৎখহুনা নিংথৌ অহুদা তমজুরে। নিংথৌ অদুনা মানশু তমজ্রবদুদা য়েংদুনা য়েংলগে হায়দুনা ঙাখোয়রক্লে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্ত বিচারগীদমক্ত লেপলে। নুমিৎ অসিদা শঞ্জেননহাগী নিংথৌ অসিবা পীক্লবা লিক্লি মচা অমা পুরকলমই। ব্রাহ্মণ অদুস্থ ভূত অদুস্থ বিচারশংদা পুরকলে। অনিমক্কী সাক্ষী শাবোৎ পুথোক্লদুনা ঙাংনবা য়াবমখৈ ঙাংনরবদা নিংথৌনা হায়রমই— "ঐ লোইনা খংলে, বিচার অসি ঐ তৌরগে। সে নখোয় ঐনা পায়রিবা লিক্লি মচা অসি উত্রা? মসিগী মমুংদা চংবা ঙম্বা মী অদুনা অশেংবা ব্রাহ্মণ অহুনি হায়না লৌগনি।" মহু তারবদা অশেংবা ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রকই— নংদি শঞ্জেননহাদ শঞ্জেননহা অতাকনৈদা, নশাদা শঞ্জেননহা নওনা নবুদ্ধি কওবা শঞ্জেননহা ওইদা। মীওইবা কনানবু পীক্লবা লিক্লি অসিগী মমুংদা চংবা ঙমগনি হায়বগে।" নিংথৌ অহুনা হায়রমই

—"ওমদবা নংনা তোকচরেদনা।" নিংথৌ অহুনা ভূতনা ওনবা ব্রাহ্মণ অহুদা ওনশিন্দুনা হায়রমই— করিগুম্বা নংনা লিক্লি অসিগী মনুংদা চংবা ঙম্লবদি লৈরিবা যুম, লুপী পুম্নমক নংগী ওইরগনি।" ভূত অহুনা খুমল্লকই— "ঐনা চংগনি।" মসি হায়রম্লগা ভূত অহুনা ময়ামগী মমাংদা পীক্রবা তীল মচা অমা ওম্লগা লিক্লি অহুগী মনুংদা চংখিরমই। মহু উবদা তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক ঙকনরমই। মনুং চংখ্রে হায়রবা উরবদা শঙ্লেননহা নিংথৌ অহুনা লিক্লি অহু চোংগাংনা মথুম চেৎনা খুমজিল্লে অমসুং ভূত অহু মপাল খোরকপা ঙমহল্লে। মতুংদা ব্রাহ্মণ অহুদা হায়রকই— "সে লিকলি অসি সমক্রুদা লংথক্করো অহুগা নংগী য়ুম, লুপী; নমা পুম্নমক নংগী ওইজরো।" ব্রাহ্মন অহুনা লিক্লি অহু সমক্রুদা লংথক্লরে অমসুং মতুংদা মচা নিপা, লুপী পোক্নুনা খুংঙাইনা পানখি।

---

# ব্রহ্মাদেত্যগী ৱারী

থায়ন মমাংঙৈদা য়াম লাইরব্বা ব্রাহ্মণ মঙৈ-মনা অনিথক লৈরমই। মখোয় অনুপকী মতিক লাইরবমক মতুংদি মখোয়গী নোংমগী চরা চানিংঙাই লৈত্রবনা যুমথোং যুমথোং খুদিংগী ভিক্ষা চৎলূরগা ফংলকপা চেং থর অদুগা লৌবুক লমং হাংদগী মনা মশিং অকংবা থর থিরগা লেমনবা পংহোৎ হোৎনজবমই। অদুম্মা য়ানা-নংনা থাংলিঙৈ অসিদা নোংমদি মখোয়না মখোয়গী খুল অদুগী অনৌবা জমীন্দার অমা লাকলে হায়বা তারমই। মদু তাবদা ব্রাহ্মণ অদুনা অনৌবা জমীন্দার অদুদগী কায় করিনো খরদং নিক্তগে খল্লমই। মরম অদুনা ব্রাহ্মণ অদু নোংমদি জমীন্দার অদুগী ময়ুমদা চৎখিরমই। মতম অদুদা জমীন্দার অদুদি মীনাই মীশলশিংগা লম অদুগী মরমদা য়ারী শাত্রনা লৈরমই। ময়াম অদুনা জমীন্দার অদুদা হায়রমই—"খুঙ্গং অদুগী মতাই ওইবা মকম অমদা খোংনাংবট পাম্বী অমা ভুতনা ওং নৈরে। মকম অদুদা কনাগুম্বা অমত্তনা চুমিদাংদ চংবা ঙমলমদে। মমাংঙৈদা মকম অদুদা মথৌনা করবা মী থর চংলুই। অদুবু নোং ঙাল্লকপদা মখোয়গী মতক লোইনা কেল্লমলে অমসুং শিরমলে। মরম অদুনা মতম অদুদগী হৌনা মকম অদুদা মী অমত্তা চুমিদাংদা চংনদ্রে। অদুবু অয়ুক সুংথিলগী মতমদদি মকম অদুদা শঙ্গেন্নহাশিংনা শলকা অদুম মখেল্লি।

মারী অদু তারবদা অনৌবা জমীন্দার অদুনা হায়রমই— "কনাগুম্বা মীনা শুমিদাংদ চৎতুনা মকম অদুদগী উশা। অমা ককৃলগা ঐগোন্দা পুরক্তুনা পীরবা ওম্‌লবদি লৌ বিঘা চাম মনা পীগনি।" তিল্‌লমজিবা ময়াম অদু শোয়দনা শিংগদবনি খল্লবমা কনা অমত্তনা ওয়রমদ্রে। মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অদুসু কমত্তুনা লৈরমই। মানা "ঐবু চৱা হেনবনসু শিগদৌরে' করিগুম্বা উশা অসি ঐনা ককলুবা ওম্বা খোক্‌লবদি লৌ বিঘা চাম মনা কংগনি অদুগা পুল্সিসিমা মুংঙাইনা লৈরগনি। করিগুম্বা ওমদ্রবসু করি কিকম লৈ। চৱা হেন্দুনা শিবসু শিব ভূতনা নম্‌থুনা শিবসু শিবা।" মগুল মগুল খল্লুরগা মহাক্না জমীন্দার অদুদা উশা পোরকপা ওমগনি হায়-দোকখ্রে। জমীন্দার অদুনসু মঙোন্দা ওমবু ওম্রবদি শোয়দনমক লৌ বিঘা চাম মনা পীবিগনি হায়বিরে। খুল অদুদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক্না ব্রাহ্মণ অদুগী মপাও তাবদা খোইদোক্না মুংশিবা পোক্লরমই। মরমদি মাসু মমাংঙৈদা হাৎপ্রিবা অদুগুম শোয়দনা হাৎপিগ্রনি। মাগী মুপীন কন থেমজরে। অদুবু কাম্রখিদ্রে।

মুমিৎ ময়ুম হেক চংখিবগা ব্রাহ্মণ অদু খোংশানখ্রে। মানা অসুম তত্তনা চংশিনখিবনা খুঙ্গং অদুগী মতাই য়ৌরকলে। লম-খাংদ মানা বোকুল পাম্বী অমা থেৌনরমই। মকম অদুদগী খোংনাংবট পাম্বী অদু য়ৌগদবা থৌরি লিশাং অমগী লমদ মঙাইরকলে। ওসাইমখৈদি ব্রাহ্মণ অদু অকিবা পোক্লমদে। অদুবু কৌক্লিক্লি মহাক মশা থক্ থক্ নিকলকলে। ওম্ভোকপনি। মানা কিনা কিনা লৈরিঙৈদা বোকুল পাম্বী অদুদি ব্রহ্মাদৈত্যগী

কাম্বদোংকম ওইরমলমাজ্যে, মাবু উবদ্যা হায়রকই— "ব্রাহ্মণ নং মামা কিরবরা ? নং করি পাম্মী হায়মু, ঐনা নংগী নত্যেং পাংখিগনি। ঐগা লোয়ননা চংশি লাকও।" ব্রাহ্মণ অত্ত মাগী মশকস্থ মশাস্থ উদবা নৌনা চান্‌বিরকপা মরুপ ভূত অত্তদা থাজরত্তনা ভূতনা ওৎ নৈরবা খোংনাং অত্ত তম্ম চংলক্কে। হেক মৌবগা মশা অথা কক্‌কদবগী হোৎনরমত্ত। অরাবদি, মানা উশা অত্তদা থাংনা হেক থাবগা ভূত কাংবু অমনা মাবু হাৎকে তোবমই। মাবু মত্যেং পাংবিগনি হায়ত্তনা লাকলিবা ব্রহ্মাদৈত্য অত্তমক্ক থাম-লমত্রবদি ব্রাহ্মণ মচা অত্ত মচেৎ মচেৎ শেগাইত্তনা লোইরম-লগদবনি। ব্রহ্মাদৈত্যনা ভূত মরাম অত্তগী মকোক ওইনা হায়রমই—"ভূতশা, নখোয় লোইনবা তাও, মসি লাইররবা ব্রাহ্মণ অমনি। মহাক্বা খোংনাংবট অসিগী উশা অমথক্ক লোজগে হায়জরি। অত্তনা মাবু উশা অমত্ত কক্‌হনখো।" ব্রহ্মাদৈত্যগী খোঙ্গেল তাবদা ভূতশিং অত্তনা লাওরকলমই— "ইবুংতোগী অনিংবা অত্তমক পাংখোকপিয়ু। ব্রাহ্মণ অত্তনা অমুক রাক্রবস্থ ঐখোয় হেক্কা ককচরুগে।" অসি হায়রহনা মীকুপ অমগী মত্তুংদা উশা অমা ক৲ৎবগা ব্রাহ্মণ অত্তদা পীরবে। উশা অত্ত হেক ক৲ৎবগা ব্রাহ্ম অত্ত খুনমক চেনখিত্তনা জমীন্দার অত্তগী ময়মদা চংখিরমই। মত্তু উবদা তিল্লমলিবা মীয়াম অত্ত পুমওক্ গুক্‌লমই। ...ক্কুদা জমীন্দার অত্তনা লাওখোক-লমই—"করে, হয়েং নোং হেক ভান্‌বগা উশা অসি অচুম্মা চুম্‌দবরা হায়বত্ত য়েংগুসি। চমলমলখদি লৌ বিঘা চাম লোক্ক-প্রনা মনা পীরগনি।"

মোং হেক ঙান্‌বগা জমীন্দার অমুনা মীনাই থবগা চৎথিমুনা য়ংলুয়ে। তশেংনমক ব্রাহ্মণ অমুনা পুরকলিবা উশা অমুগী চককম লৈরমলে। অশেংবা খংলবদা জমীন্দার অমুনা ব্রাহ্মণ অমুদা লৌ বিঘা চাম মনা পীখোকখ্রে। অসুম্না অহৌং অমদা ব্রাহ্মণ অমু ইনাক খুন্‌বা মী অমা ওইজহৌরে। মরাইবক ককনা ব্রাহ্মণ অমুনা কংজরুরিবা লৌকম অমু থাঙ্গোল থাবা ম্বাবা মতম ওইরকলে। অমুবু ব্রাহ্মণ অমুদি লৌ অমু খাওননবা উপায় লৈজরমদে। মমু খাওবদা চংগদবা শেলদি পাই নাতৎপী অমা লাওবা লৈতে। মাগী করি উপায় লৈরি? গতি লৈরক্রদনা মানা ব্রহ্মাদৈত্যগী মফমদা চৎখ্রে অমসুং হায়জরুরে—"ও ব্রহ্মা-দৈত্য, ঐ হৌজিক অরাবদা তারে। নহাক্কী নতেংদগী অমুন্‌বা কৌ ঙাক্ক ঙায়রবা লৌ বিঘা চামসু কংজরে; অমুবু মমু খাওনবা উপায়দি লৈজদ্রে। মরমদি ঐগী শেল লৈজদে। অমুনা ঐবু লৌ অমু খাওবদা মতেং থর পাংবিয়ু।" থৌজাল হৈরবা ব্রহ্মাদৈত্য অমুনা মাগী লৌ বিঘা চামমুসু খাওবিগনি অমুতসু নত্তুনা মহে মরোংশিং অমু য়ৈরিবগা মফম চানা থম্বিরম্‌গনি, তৌবতবু থুল অমুদগী থাঙ্গোল চামদং রায়রগা সুমিদাংদ খোংনাংবট পাম্বী অমুগী মখোংদ থনমউ অমসুং কৌ অমদি চকুগী পৈকম তাকলমউ হায়রি-রকলে। গতি লৈজদ্রবা ব্রাহ্মণ অমু হরাওবগী ঙমখৈ লৈথিদে। মহাক্না লৈকায় অমুদগী থাঙ্গোল চাম রায়জরে। লৈকায়গী মীপুম মদিঙনসু মাবু মরাইবক ফগৎলকলিবনি খন্দুনা মানা হায়জরুবদা য়ইনা হরাও হরাও পীবিরকই। সুমিৎ তাপ্রবদা থাঙ্গোলশিং

অহু হায়মথিবা মকম অহুদা থম্মুয়ে। হন্নকলগা মাগী খাংপোকপ অহুগী মনাক্ত শক্তি লৈঙোই তৈরহুনা মকম অমা কৌ থমনব শেমলে। মকমশিং অহু শেম্বা লোইরমলগা থেংজিল্লক্লহুনা তুম্ব চংখ্রে।

অহিং থেংলক্লবদা মীয়াম্বা তুম্ন-হীপনপ্রবা মতুংদা ব্রহ্মাদেওয়ান উ পাম্বী অহুদা তোংলিবা ভূত চাম কৌথোকলে অমম্বুং হায়রকই—"নখোয় ময়াম চংহুনা ঐগী মরূপ ব্রাহ্মণ অসিগী মতেং অমত্ত পাংবিদবা য়াদ্রে। মহাক্না হন্দক্তা জমীন্দারদগী কংথবা লৌ বিঘা চামহু কৌ লোইনা মুদ্রে। অহুবু ব্রাহ্মণ অসিনা খাওবগী শক্তি লৈজদে। অহুনা নখোয় ময়াম চংহুনা লৈম্বিবা থাঙ্গোলং শিংসি অমমম পায়হুনা থরা থাওদোকপীরুয়ো। অহুগা য়ৈম্ব য়ৈথোকপিরম্মো। অহুগা মানা শেমজরিবা মকমশিং অহুদা মম্মম চানা চানা থম্বিরমউ। চৎলো থবক অহু নোং ঙাক্সিরউদা লোইগনবনি।" য়াথং অসি ফংবদগী ময়াম পুম্নমক খাওবা হৌগৎখ্রে। লৌ খাওবা অসিম্বু মীনা খাওবগা ভূতনা খাওবগা থর থেৈয়ে। মীনা নোংমদা খাওবহু ভূতনা মীকুপ অমদা খাওই। অহুনা মখোয় ময়াম চংহুনা লৌয়াম অহু খাওদোকপিরে অহুগা মকম চানা চানা লোউশিনবিরে। অম্ভুয়া থবক অহু পুমলোই হেক লোইবদা নোং ঙানগদবা পুং অনি রাখলি। থবক অহু লোইথোকলম্নগা ভূতশিং অহুম্বু মাগী মাগী কায়দোংকম উপাদা কাথৎনখ্রে। নোং ঙাল্লকলবদা ব্রাহ্মণ মতৈ মনাও অনি অহু তৌরমলিবা মতৌ অহু উবদা পুমহুক ওকখ্রে।

চৗংথবমুক য়াংনা পৈরমলিবা কৌ অদু উবদা লৈকায়গী মীপুম খুদিংমক ওক্লকখ্রে। মতুং মুমিৎ খয়নি লৈরগা ব্রাহ্মণ অদু বোকুল পাম্বী অদুগী মখোংদা অমুক চৎথিরমই অমম্বং হায়রমই। ব্রহ্মাদৈত্য, ঐ নঙোন্দ য়া অমত্ত হায়খিগে হায়দুনা লাকপনি। ঈশ্বরনা ঐবু ওহ্নোক্পা থৌজানবিরে হৌদুনা ঐ ব্রাহ্মণ চামদংগী চাক কৌদুনা পেলহনখিগে খল্লি, নংনা মদুগী মচৈ মপোৎ পুম্নমক খর শুনবা লাংবিয়ু।" ব্রহ্মাদৈত্যনা য়াম্না চৗংলেম্না খুমলকই—"ফরে, ঐনা ব্রাহ্মণশিংদুগী চানবা পোৎ-চৈ লোইনবা পুরক্লগনি, মকমদা নিংথিনা শেংদোকলমউ।" ব্রাহ্মণ অদুনা থমকম খোৎকম কজনা শেংদোকলে। উৎসব নোংমা য়াৎলিঙৈদা চংগদবা পোৎ-চৈ পুম্নমক পৈদুনা থমলরে। মাগী কা অদুদা ঘী খরুং চাম, য়ামগী চৗংদুম থমা, চিনি মন চাম, শঙোম খরুং চাম অমদি মাখনন-চিংবা চংগদবা পুম্নমক পৈদুনা লৈরে। মথংগী নুমিত্তা চাক থোংবা হৈর হৈববা পুজারী চাম লাকলে। তিল্লিবা ময়াম অদু পেল্ল পেল্লবা পীজরে। অদুবু থোবু ওইরবা ব্রাহ্মণ অদুদি ব্রহ্মাদৈত্যগা চামিন্নগনি হায়দুনা থেংলকাওবদা চাদ্রে। অসোমদা ব্রহ্মাদৈত্য অদুদি ব্রাহ্মণগা সঙ্গ তৌরুবদগী মাগী ভূত ওইবগী মতম অদু লোইদ্রে। স্বর্গদগী কুবেরগী পুষ্কর হায়বা দোলাই অদু থারক্তুনা পুখ্রে। অশোমদনা ব্রাহ্মণ অদু পুন্স লোন-শাংনা মচা মশু য়াম্না পোক্তুনা নুংঙাইনা পানখি।

---

# ভূতনা ওনবী নুপী

খাইনা মমাংঙৈদা ব্রাহ্মণ নিপা অমা লৈরমই। মহাক্কী অহল ওইজরবী মমা অমা লৈরমই। মহাক্কী নুপী শিরকদা ইমুং অদুদা মখোয় অহুম লৈরমই। ব্রাহ্মণ অদুগী মনুম মনাক অদুদা পুখ্রী অমা লৈরমই। পুখ্রী অদুগী নাকল লৈরাই অমদা চাওরবা উ পাম্বী অমা হৌরমই। হায়রিবা উ পাম্বী অসিগী উশা অমদা শঙ্খচূরনিজ হায়বা ভূত অমা লৈরমই। নোংমা নুমিদাং অমা ব্রাহ্মণ অদুগী নুপী অদুনা ঈশিং শোকপা চৎপদা মাগী লমদা লৈপলম্বী শঙ্খচূরনিজ অদুদা থেংলুরে। খঙহৌ-উহৌদনা হেক থেংজল্লুবদা ভূত নুপী অদু য়াম্না শাওরমই। ব্রাহ্মণগী নুপী অদুবু মঙকশমদা পায়দুনা উশাথক্তা পুখৎল্লে। অদুগা নুপী অদু উ অদুগী অরাওবা মখল অমদা থাদখে। মখল অদুদা নুপী অদু অশিবগা চপ মান্নবা লৈখে। ভূত অদুনা, নুপী অদুনা শেৎলকপা কীরোল অদু শেৎচিল্লদুনা ব্রাহ্মণগী নুপী অদু শাদুনা ইমুং অদুদা চংখে। ব্রাহ্মণ অদুগা মমা অদুগদি তৌরিবা খোদো অদু অমত্তা খংনরমদে। ব্রাহ্মণ অদুশু মাগী নুপী অদু পুখ্রীদগী কারক্রুমাল্লে হায়না অদুম মনিংই। মমা অদুনশু পুখ্রী চৎখিবা মমৌ অদুনি হায়না অহুম মখল্লি।

খংনবা অয়ুক অদুদদি মনেমবোক অদুনা মমৌ নুপী অদুগী মওং মতৌদা নুংতিগীগা মান্নদবা খর উরে। মওং মতৌ অদু অহল অদুনা নুংতিগী কুপ্পা য়েংলকলি। মানা খংজরক্কাওবদদি মাগী মমৌদি মশা অদু শোন্দম-নাদমই, ইমুংগী থবক্তা য়াম্না তপই। অদুবু হন্দক মরক অসিদি মদুগা য়াম্না খেন্না উরে।

চথং খংহৌদনা মশা অত্ত খিং-খাং লাওবী অমা ওইখ্রে। ইমুং মনুংগী খবক্তসু ওস্লোক্না থুনা থুনা লোক্টশিল্লকলে। পুম্নমক অসি উনা উনা চিংনা চিংননা হনুবী অত্তনা মচানিপা অত্তদা চায়দোকখ্রে। মমৌ অত্তদসু হংবা খোৎপা তৌরমদে। তৌবদবু অহল অত্তনা মাগী মমৌ অসি পুন্সিগী অনৌবা খোংথাং অমা থাংলকলে চায়ন খঙ্গুরমই।

অত্তম ওইনমক অহল অত্তগী চিংনবা অসি নোংম নোংমগী হেন্নগৎলকলে। মমাংদৈদা কুইনা কুইনা চংলম্বা চাক খোংবা অত্ত কৌজিক্ত মিৎন কুপ্পদা লোইশিনলকলে। থংনবা কাদগী পোৎ অমত্ত পুরকউ হায়রবসু চৎকাৎত্রিদ্রৈদা পুরকপনা হায়্লে। ভূত অত্তনা তৌরিবদি পোৎ অত্ত চত্তনা লৌক্নগদবগী মহুত্তা মথুৎ অত্ত কয় কয় হেক্তা তিংখোকপদা পোৎ অত্ত অত্তম কংলে। মরমদি ভূত হায়বসিদি তৌগে হায়বদা ওমই। হকচাং কায়াৎ অসি শাংদোক্লেভম্মী তেনশিনগে ওমই। নোংমদি হনুবী অত্তনা য়েংগে হায়ত্তনা মমৌ নুপী অত্তদা অথাপ্পদা ইলবা করিগুম্বা পোৎ অমতং লৌকনবা য়াথং পীরমই। মমৌ নুপী অত্তনা জ্ঞান মেন ইতা তাদনা ইচৎ চৎতনা মথুৎ অত্ত থৎ হেক তিংখোকখিত্তনা পোৎ অত্ত লৌরমই অমসুং পীরমই। মত্ত উবদা মনেমবোক অত্ত পুমত্তক ওকখ্রে। অত্তবু করিগুম্ব অমত্ত ত্তাংতুবদি তৌরক্রে। অত্তম্মদি ওইরবদা মচানিপা অত্তদদি ওমলে। সুমিৎ অত্তদগী হৌত্তনা মমা মচা চংত্তনা ভূতনা ওনিবী নুপী অত্তবু কুপনা য়েংবা হৌখ্রে। নোংমদি অহল অহনা ইমুং অত্তদা মৈ লৈতে হায়বসি খঙদোকলে, অত্তত্ত

নত্তনা মমৌনুপী অহুনা কনা অমত্তদগী মৈ লৌরূদে হায়বস্থ খংদোকলে। অহুবু অঙকপদি মমৌনুপী অহু চাকশং অহুদা মৈ কজনা হৌরহুনা লৈরমই। থারিবা অহুস্থ শীংদি অমত্তা স্নাওরমদে, মখোং অহু মৈমুংদা থিংজিল্লমই অমস্থং ঙাংশং ঙাংনা চাক্তুনা লৈরমই। খুদক অহুদা অহল অহুনা মচানিপা অহুদা চৎতুনা অঙকপা পাও অহু তমলুরে। মমা মচামক লাক্তুনা অঙকপা খোদোক অহু য়েংলে। তৌরমলিবা থবক অহু মী অমত্তগী মিৎ অনিনা উবা নৎত্রবা, মিৎ মরিনা উরবা অহুদদি মমামচানা ইমুং অহুদা লৈরিবী নুপী অহু ভূতনা ওনবী ওইরম্ব তারে হায়না খল্লরে। মতুংদা মচানিপা অহুনা চৎখিহুনা ভূত তাম্বোকপা ঙম্বা ওঝা অমা কৌরুরে। ওঝা অহুনা হেক থুংলবগা ভূতলা মীরা খংনবা হোৎনরকলে। ওঝা অহুনা য়াইঙং মচেৎ অমা মৈ থারগা নুপী অহুগী মনতোন ময়াদ পুশিল্লমই। ফীভম অসিদা মীনী ভূতনি হায়-বা খত্তগে হায়রবদি খ্বায়দগী অরায়বা পাম্বৈদি 'য়াইঙং মচেৎ মৈ থাবা অসিনি। মৈ চাক্লবা য়াইঙং অহু মনাতোন ময়াড হেক পুপিল্লুবদগীদি খাংবা য়ারক্তুহুনা মপান্দা হৌহুনা চেন-খোকখ্রে। মহুদগী খংবা ঙমলে মহুদি নুপী অহু ভূতনা ওনবা অমা নত্রগা ভূতকী খুহুমদা লৈবা অমা। মহাক্না চেন্নখি হায়রবহু মঙাই ওঝা অহুনা তাল্লহুনা ফারে। ফারবদা ফুগৎপা হোগৎলে। ওঝা অহুনা খোংউপ শত্তুনা অশেংবা মশাক তাক্লো হায়হুনা শাখিনা ফুগৎপা হৌরকলে। মমৈদা ওশেং

তশেংনা হায়দোরকলে—"ঐ শঙ্খচুরনিজ কৌবী ভূত অদুনি, পুথ্রী মপান্দা নোংমা ব্রাহ্মনি অদুনা ঈশিং শোকপা থোরকপদা ঐডোন্দা থেংলমই। মদুদা ঐনা শাওদুনা মাবু উক্রোং অসিদা থাদদুনা থম্বনি।"

রারী অদু লীরগা ব্রাহ্মনি অদু উক্রোং অদুদগী শিরুম্ম নারুম পুথোরক্লম্ই। মদু উবদগী ওঝা অদুনা ভূত অদু খোংউপ শত্তুনা তান্ তান্দুনা ফুবা অমুক হৌগৎলক্লে। অদুবু মতুংদা ভূত অদুনা ইমু অদুদা অমুক হন্না ফত্তবা করিমত্তা তৌজররোই হায়জুবদগী থাদোকপীখরমই। মতুংদা ব্রাহ্মনি অদুস্থু নোংম নোংমগী ফগৎলকখি। অমস্থুং মচানিপা নুপী পোক্লুনা নুংঙাইনা পানখি।

# শরু ঙাক্নগী লম

থায়ন মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী মচানিপা অমা লৈরমই। মচানিপা অসিগী মমাল্লবা অহুমথক লৈরমই—মন্ত্রীগী মচানিপানে, ডরোগা অমগী মচানিপানে অমদি লম অদুগী ইনাক্-কৈরাক থুনবা কারবাররাল। অমগী মচানে। মরুপ মরি অসে য়াম্ন চান্নরমই। নোংমদি মখোয় মরিমক লম্‌কোইরুসি হায়নদুনা শগোল অমমম্ তেংলদুনা ময়ুমদগী থোক্নরকুলমই। মখোয়না অম্নম অম্নম চংলকপদা নুমিৎ য়ুংবা মতম ওইশিল্লকলে। মতম অসিদা মখোয় জঙ্গল অমদা থুংলমই। মকম অদুদা মখোয় শগোলশিং অদু পুন্‌শিল্লগা পোৎথারমই। ভাইহাক পোৎথারবদা মখোয় অমুক শগোল তোংখৎলে অমম্লং অথা চৎথগ্রে। নুমিৎ তারুম তারুম তৌরকৃপদা মখোয়না জঙ্গল অদুগী ময়াইরাইদা লাইশং অমা লৈরমবা থেংনরে। মখোয়না নুমিৎ তাশিল্লকলবা অদুদদি মকম অত্তুদা অহীংরমা লেক্লসি খন্নরে। শগোলশিং অত্তু মকম চানা পুন্‌শিল্লে। মমৈদা মখোয়না লাইশং অত্তুগী মনুংদা লাইনিংথুনা লৈবা সাধু অমা উরমই। সাধু অত্তনদি মমিৎ উইশিন্দুনা লাই নিংলম্বনা মখোয়-বু উরমদে। নুমিৎ পুংতা তাগ্রবদা মখোয়না লাইশং অত্তুগী মনুংদা মৈভাল অমা উরকলে। মরুপ মরি অত্তুনা অহীংথুমা লাইশং অত্তুগী খর রাংবা মকম অমদা লেক্‌লসি খন্নরে। অহুবু লম্‌লক্‌নিনা মী অহুমনা তুমলিঙৈদা মী অমনা শংবা, মী অত্তুগী

মকক্নবা মতম অদু লোইরগা অমনা অমুক শংবা, মথং মথং পাল্লি নাইনা শংনবদ য়ানরে।

অহানবা মক্তদা লল্লোনবা নিপা অদুগী মচানিপা অদুনা শংবা তারে। মহাক্না ঙুমিদাংগী পুং তরুক্তগীনা মাপল তাবা লাওবা শংবা তারমই। মহাক্কী শংবগী পুংকম লোইশিল্লকপদা মতাক্না অত্তকপা থোদোক অমা উরমই—সাধু অদুনা মথুত্তা শরৎ অমা পায়রদুনা মচিন্দা রাহৈ থর হায়রগা শরৎ অদুদা কামলমই। সাধু অদুনা শোনখিবা রাহৈ থর অদু ললোনবগী মচানিপা অদুনা লোইনা কাজিলহোরমই। সাধু অদুনা মত্র অদু হেক শোনবা লোইবগা লাইশং অদুগী মাইকৈ মরিমক্তদগী খোঙ্গুল থর তারমই। খোঙ্গেল অদুগা লোয়ন লোয়ননা লঙ্গল অদুগী মকম মকম খুদিঙ্গদগী শরৎ মম্লাম অমা লেংলেং চংলকপা উরমই। শরৎশিং অদু লাইশং অদুদা মথন মথক্তা চংশিনখিরমই অমসুং সাধু অদুগী মনাক্তা লৈপুং মচা অমগুম পৈদুনা লৈরমই। মতম অদুমক্তদা ডসাইমথৈ শংলকলিবা নিপা অদুগী মতম লোইরদুনা ডরোগাগী মচানিপা অদুবু হৌদোকলমগা মহাক ভুমথক্লে।

ডরোগাগী মচা অদুনা শংবা হৌরকপমক্তদ সাধু অদু অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈবা অদু উরমই। অদুবু মহাক্তি হৌথবা ব্রাহ্মীদি থংহৌবা নত্তবনা সধুগী মমাংদা লৈরিবা শরৎ ঙাক্তগী লৈপুং অদুগী মরমদা করিস্থু থংলমদে। ফীভম অসিদা মতম থর হৌক্লে। মকম অদু ইচীক চীকখে। অদুবু চীক্ল চীক্ল

মহাক্কী শংবগী মতম লোইশিল্লকদোরবা কান্দা অঙকপা খোঁদোক অমা উরমই—সাধু অত্তনা শরূশিং অত্তুদা রাহৈ খর শোল্লমই। রাহৈশিং অত্তু মানা ফজনা ফাজিল্লমই। রাহৈ খর অত্তু হেক শোনবা লোইবগা শরূশিং অত্তু মথং মথং শমজিননথিত্তুনা শরূগী পোলাং অচৌবা অমা ওইয়কলে। মতম অসিদা মহাক্কী শংবগী পুংকম লোইশিলসকলত্তুনা মন্ত্রী মচা অত্তু হৌদোকলমলগা তুমথখিরমই।

মন্ত্রীমচা অত্তু মমিৎ নোইর-নোইরত্তুনা হৌগৎলকত্তুনা মাগী মপৌ তৌরমই। মতম অত্তু নোংয়াই চবুক লোল্লবা মতমনি। ভূত-প্রেতনচিংবশিংন কোইন কোইন চৎপা মতমনি। ঙসাক্ট-মথৈ খোংলম্বা শা-কৈগী মখোলস্থ তাখিত্রে, ঙম্মা য়াতানগ্র-ম্যাল্লে। মতম অসিদা মন্ত্রী মচা অত্তুনা লাইশং মন্নুংদা সাধু অত্তুনা অকনবা তপস্যা তৌহনা লৈবা উরমই। উরিবা কীভম অত্তুগা জঙ্গল অদংগী অকোয়বদা চীকলিবা কীভম অত্তুগা অনি অত্তু উরুবদা মন্ত্রী মচা অত্তু কিংখিবনা মশমুকা চপ চপ য়ুং-লমই। কিনা কিনা মাগী মতম লোইশিল্লকলে হায়বা মত্তাং অত্তুদা অঙকপা খোঞ্জেল অমা তারমই। সাধু অত্তুনা মনাক্তা লৈরিবা শরূগী পোলাং অত্তুদা রাহৈ খর হায়রমই। রাহৈ খর অত্তু হেক হায়বা লোয়বগা শরূগী পোলাং অত্তু থুনমক উনপা মথং মথং কুপশিল্লকলমই। অত্তুবু শোর হোনবগী ভাবত্তি লৈরমদে। মতম অসিমক্তদা মন্ত্রী মচা অত্তুগী পুংকম লোইরত্তুনা নিংখোমচা অত্তু হৌদোকলমলগা তুমথখিরমই।

নিংথৌমচা অহুনা মাগী পাল্লি লাক্লবদা হৌগৎলগা মাইকৈ অপুম্বা কোইয়েং য়েংলম্মী। মানা অশুম য়েংখিবদা লাইশং মশুংদা তৌরমলিবা অঙকপা থৌদোক অমা উরুরে। অদুবু মানা উরিবা জীব অমুনা মথাই য়াওদবগী মতৌ অদু উবদুদা থোই-দোক্না থৌশারমদে। য়েংন য়েংন মানা খোঞ্জেল অমত্তু তারমই। খোঞ্জেল অদু হেক তাবদা মহাক্না সাধু অদদা লৈশিন্দুনা য়েং-লমই। সাধু অমুনা মনাক্তা লৈরিবা শরু পোলাং অদুদা রাহৈ খর শোল্লমই। রাহৈ অদু নিংথৌমচা অমুনা কাজলহৌরমই। সাধু অমুনা শোনবা হেক লোইখিবগা সাধুগী মমাংদা লৈরম্বা শোর হোনলমদবা জীব অদু শোর খর খর হোল্লকলমই। শোরু হোল্লকপগা লোইন লোইননা শা অদু লেপথৎলকলমই। হেক লেপথৎলকপগা থুনমক লাইশং অদুদগী চেনথোকখিরমই, তাঞ্জা অসিদা নোং ঙাল্লহুনা কাক খোংলকলে। মতুংদা মখোয় মরি-মক হৌগৎলহুনা মাগী মাগী শগোলথক্তা তোংখৎলহুনা মথা থৌখিরমই। প্রমখোয় থদিংমক চৎন চৎন মখোয় মখোয়না উখিবা অদুগী মরমদা মচিন মচিন্দদি কাংথোক্তনা মথন মথক্তা খন্দুনা চৎনরমই।

মখোয় মরিমক কুংলবা জঙ্গল অদু কাওহুনা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা চৎনরমই। অশুম অশুম চৎলকপনা সুমিৎ য়ুংবা মতম য়োরকলবদা মখোয় মরিমক পুত্রীমপাল অমগী মনাক্তা হৌবা উ পাম্বী অমগী মখোংদা পোংখারমই। পোংখা পোংখানা উহৈ-রাহৈ খর চারহুনা ঈশিং খর খর থকচিনবদগীদি

মশা অদু থর থর তেকখৎনরকলে। অস্তুম্বা পুংঙাইনা পোৎ-থানদ্রিঙৈদা নিংথৌমচা অহুনা হৌদোরকই—“মরূপশা, নখোয়বু সাধু অহুগী লাইশং মকুংতুদা করিগুম্বা অমত্তা উনরক্তে? ঐদি ঙম্হোক্না ঙক্লবা পোৎ অমা উরকই। মহু লীগে অহুবু ঐনা লীদ্রিঙৈদা নখোয় নখোয়না উরকপশিং অদু হায়রা অঁমুক্ত তাখি-গে।” নিংথৌমচা অহুনা অস্তুম্বা হৌদোরকলবদা ময়াম অহু মানা মানা উরকপশিং অদু মথং মথং লীনরকলমই।

মরূপ মরিমক মশোয় মখোয়গী রারী তানরগা য়াম্না সুংঙাইনরমই। মখোয় মরিমক সাধু অহুনা শোনখিব, মখোয়না তারকপশিং অহু চাং য়াম্না য়েংনিংলমই। অস্তুম্বা ঙাংনদ্রিঙৈদা মখোয়গী মনাক্তু মক্তদা উখোং অমগী মনাক্তা শরূ অমা তাবা উরমই। মহু থেংনরবদা মখোয় মখোয়না তারকপা মন্ত্রশিং অহু শোন্দুনা চাং য়েংনিংলমহ। ইহান হানবমক্তদা লম্লোনবা নিপা অহুগী মচানিপা অহুনা মানা ফারকপা মন্ত্র অহু শরূ মচেৎ অহুদা শোল্লমই। হায়দোকপদা কিরবা য়্যান মন্ত্র অহু হেক শোনবা লোইবগা মাইকৈ খুদিংমক্তগী শরূ ময়াম অমা থংহৌদনা লাকরমই অমসুং উখোং অহুদা পৈহুনা লৈরমই। ডায়োগাগী মচা অহুনা মানা ফারকপা মন্ত্র অহু মথংদ শোল্লমই। হেক শোনবা লোইবগা শরূশিং অহু মরেং মরেং লোংনরকলে অমসুং শরূশিং অহু অমগা অমগা তাইশিন্নরকতুনা মখোং মশ্রি পানখ্রা জিব অমগী হকচাং পোল্লাং ওইরকলে। মন্ত্রী মচা অহুনা অমুক মন্ত্র অমা শোনবদা হকচাং পোল্লাং অহু উনশা

পাল্লকলে। লীথোকদবা কিবু কিরকলে—অরোইবদা জিব অহু চাওরবা কৈ অমা ওইরকলে। মতাং অহুদা নিংথৌমচা অহুনা মথাই হাপলুরবদি ক্ষত্র নুংদ থোকপা য়াই খল্লহুনা মথাই হাপলম্নুসি হায়ন মরুপ অতৈ অহুনা শন্নরকলে। নিংথৌমচা অহুনা হায়রমই—"নখোয়না ফারকপা মন্ত্রশিং অহুদি লোইনা চুমলে অমদি সিদ্ধ পাল্লে হায়বা খঙলে অহুবু ঐনা ফারকপা মন্ত্রগী মঙনদি খংদ্রি। অহুনা ঐসু চাং য়েংদবা য়াদ্রে। মথাই হেক হাপলুবদা ঐখোয় পুম্নমক শিরগনি হায়বসু শোইদ্রবা য়াক্ম অমা নত্তে। নখোয় পুম্নমক উ অসিগী মতোন্দা লোইনা কাহুনা লৈয়ু। ঐসু মন্ত্র অহু হেক প্লোনবগা কাখৎলককে।" য়াক্ম অহুদা য়ানরহুনা মরুপ অহুম অহু উতোন লোম্না কাখ্রে। নিংথৌমচা অহুসু খর কাখৎলগা মন্ত্র অহু শোল্লমই। অহুগা থুনমক মাসু উতোন য়ৌখিরমই। মিকুপ অমগী মনুংদা কৈ অহু মথাই পাল্লক্‌না মনাক্ত শজিক চাহুনা লৈরম্বা শগোল মরি অহু হাংতোকখিরমই। অহুগা শগোল অশিবা অমবুনা কুংলবা জঙ্গল অহুদা পুশিনখিরমই।

মরুপ মরি অহু কিমনগ্রহুনা উশাদ নপশিনহুনা শোর কাওবা হোন্দবমখৈ লৈরমই। অহুবু মখোয় মরিগী অকিবা অহু থুনমক কোকখিরমই। মরমদি কৈ অহু মকম অহুদগী থাপতোকখিরমই। কৈ অহুনা খোংবা তাবদগী মখোয়না কৈ

অদু কন থাপক্রে হায়বা খংলবদা থুনমক উথক্তগী কুমথরকলে। গতি লৈত্রবদুনা মখোয় মরিনা মখোংন অস্থম চৎলকপদা সমুদ্রে মপাল অমা য়ৌরমলে। মখোয়না জাহাজ অমথক্তগা তান চাদুনা লাক্লবাদি মুংঙাইপ্রনিদা হায়না খন্দুনা লৈরমই। মখোয়গী অরাংদ্ধ ঈশ্বরনা উরবগুম তাঞ্জা অদুদা অপিকপা জাহাজ অমা লাকপা উরমই। মখোয়না য়াম্না রানা রুমাল হাই হাইদুনা মখোয়বু উহল্লে অমস্থুং হায়জদুনা জাহাজ অদুদা তোংখৎলে। খর চৎলগা দলান অচৌ অচৌবা য়াম্না লৈবা হিথাংক্ষ অমদা থাম্বরংলে।

মরূপ মরি অদুনা কন য়াম্না শানা লম্বী অমদা চৎলমই। মতুংদা বাজার অমা থেংনরে। মকম অদুদা দুকান পরেং পরেং উরমই অদুবু মীদি অমত্ত উরমদে। অথুম অহাও য়োনবা দুকান কয়া, কারখানা কয়া লৈরমই অদুবু মীদি অমত্তা উরমদে। উহৈ-রাহৈ য়োনবা দুকান কয়া লৈ, মীদি লৈরমদে। ঘণগাড়ী লৈ ঘণাদি লৈতে, শগোল গাড়ীসু লৈ শগোলদি উদে। সড়ক অদুগী নাকল, য়েংলোম, ওইরোমদা য়ুম পরেং পরেং তারি। মীহুতথোং লোইন হাংদোকই, মীদি উদে। ভশেংনমক মকম অদু খুজাক লানশিরে। মতৌ অদু উবদা মরূপ মারমক অকিবা পোকললে। হিংচাবীগী লৈবাক্তা ওই-রমগত্রা থম্বরকলে। মখোয়না অস্থম অস্থম চৎলকপদা মইমদা রাং চাওরবা কোনুংশুম্বা কজনা শারবা য়ুম ( দলাল ) অমা থেংনরে। মখোয়না অস্থম অস্থম চাংখবদা মী কনামতা লৈবগী

খুদম কংদ্রে। মমৈখংদা তরেৎশুবা কা অহ্ চংলকপদা মশক মত্তৌ চঙখোল্লবী, লমবা লৈতনা কজরবী নুপী মরিখক লৈরমলে। নুপীশিং অহুনা মখোয় মরিবু উবদা মখুদাংদ তাপ তাপ পায়-হুনা মখোয় মখোয়গী মপুরোইবা ওইনরনি হায়রে। লৈরমলিবা নুপী মরি অহুনা মরূপ মরিমকপু পীজপীথক কজনা তৌরে। মুমিদাং ওটাশিন্নলকলবদা মখোয় জুরা জুরা মাগী মাগী কাদ চংনখরে। তুমকম কা য়োরবদা নিংথৌমচানিপা অহুগা লাম্বা ওইরিবী নুপী অহ মথম্মোয় শোরু কপ্প উরমই। নিংথৌমচা নিপা অহুনা কপ্পগী মরম হংলমহ। নুপী অহুনা খুমলকলমই— "কীজেৎ লৈতেংদগী অদোমবু নিংথৌমচানি হায়না খঙজরে, এস্থু লৈবাক অসিগী নিংথৌমচানুপীনি। অহুগা এগী ইমাম্নবী অহুম-সিনা রাক্ষসীনি। মখোয়ন লৈবাক অসিদা মহম খরগী মমাংদ লাকখিবনি। মখোয় অহুম অসিনা ইমা. ইপা অমদি লৈবাক অসিদা লৈরম্বা জীব পানবা পুম্নমক চাহুনা লোই-শিল্লরুবনি। হৌজিক এবুত মঙাইরে মখোয়না খাকালবা, নখোয়বুস্থু শোয়দনা চাম্নগনি খল্লুবদা ইথম্ভা কপচরিবনি।"

নিংথৌ মচানিপানা খুম্নকই—"মহুনা অচুম্বা ওইরবদি নংদুস্থু এনা রাক্ষসী অমা নত্তে হায়রবসি করম্না হায়গনি। নংস্থু এবু শংশিন্নরগা চাথোকখিগদবা মাল্লি।"

নিংথৌ মচানুপী—"অতোপ্পা অহুম অহুনা রাক্ষসীনি অহুগা এনা নত্তে হায়রবসে এ প্রমান পীজগে। রাক্ষসীশিংনা চাবসে এখোয় মীওইবনা চাবদগী শরুক লিশিং লিশিং হেন্না চাই।

এবোয়গা ওসাত চাময়খিব। অহতনা মখোয় পেন্দে। অমুনা মুমিদাং মুমিদাংদ শা-ত্তা অতৈ অতৈ থিবা চৎলি। অমুনা মখোয় মুমিদাংদ মখোয়গী ফমুংদা লৈরমলোই। থাজত্রগা অদোমগী মরুপশিং অত্তদা হুংবিরগা খংগনি। চানবিত্তুনা মসে অতৈ খংহনবিরুগন্থু, হিংচাবীশিং অসিনা ইহুল অমত্তুং কংশ্রবদি ঐবু হায় চাগ্রগনি।"

মথংগী মুমিত্তা নিংথৌমচা অহুনা মরুপ অহুম অত্ত কোর-ত্তনা লোয়া রা তায়রে। নিংথৌমচানুপী অমুনা হায়রিবা অরোনবা রা অত্ত মুম্না তায়রে। নিংথৌ মচানুপী অমুনা হায়বগুম্মদনা মহাক নওনা অতৈ অহুম অত্তদি মুমিদাংদা লৈতে, নোং ঙাম্লগা হেক হেক হল্লকই অত্তগা মুমিত্ত্ মুংবা শাওবা তুমই। মওং অসি মরুপ মরি অমুনা অহীং অনি তুংখিল অনি কুপ্পা য়েংলক্লে। মতুংদদি অতোপ্পা নুপী অহুম অত্ত রাক্তসীনি অত্তগা অমত্তুনা অশেংবা নিংথৌমচানুপীনি হায়-ব খংলে।

অত্তবু হৌজিক খল্লগদবদি রাক্তসীশিং অদুদগী কমদোনা চংজ... অদগে অসিনি। রাক্তসীশিং অত্তুনা অয়াম্বা মতমদা সহর... লৈবনা মশোয়গী থৌরাং শিনবদা য়াম্লা খুদোং চারে। য়োং... থৌমচানুপী অত্তনা সমত্রু মপান্দা থোক থোক্তনা জহাজকা পাম্ল... লাকপ্রা হায়ত্তনা ইতৎ তৎতনা য়েংলমই। মহাক্তি শীংনা... মতমদা মরুপ মরি অত্তগদা লৈরমই অমসুং মহাক্ত লাখ... লৈজবা মমল য়াম্ল য়াম্লবা হীরা মনি মুক্তা কয়া পুরক

লমই। নোংমদি মখোয়না অসুম য়েংলিঙৈদা জহাজ অমা লাকপা উরমই। মখোয় মরিনা লাও-খোংতুনা উনবা, তাননব' হোৎনজবদগী জহাজ অদু মখোয়রোমদা নকশিললকলমই। মনাক য়োরকলবদা মখোয় মঙামক তোংখৎলে। নিংথৌ মচানুপী অদুনা জহাজ অদু থর কল্লা থোবিয়ু হায়দুনা অখোবা মীদা হীরা মনি মুক্তা কয়া পীবা হোরকলে। নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈদা মাইল মরিফু লাপনা চৎহৌগদবনি। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা হিংচাবীশিং অদু হৌগৎলক্কনি। মখোয়না হৌগৎলকলগা মরুপ মরিমকপু থিরকখিগনি। ফংলক্লবদা মাইল মরিফুগী লম খুদক্তা চাও-থোরক্কনি মতুদা থেংনগ্রবদি জহাজ অদুদা য়াওরিবা মী খুদিঙমক অমত্তা হিংলরোই। মথং মথং অসুম থোরকপনা নুমিৎ তারুম তারুম তোরকপা মতমদা তোর্বান লোমদগী খোঙ্গেল খর তারমই। মখোয়না য়েংথোকখিবদা হিংচাবীশিং অদু ওঁইরমলে। অদুবু মতম অদুদা মাইল মরিফুদগী হেন্না পোরম্ব মরমনা মখোয়-গী গতি করিমতা লৈত্রগুনা তকশি শোন্দুনা লৈহৌরে। রাক্ষ-সীশিং অদুনা লাওরকলমই—"নহাক্না ময়াম অদু নখক্তা চা[...]ক-লুরগেরা ?" মখোয়না লাওরকপা অদু ময়াম পুম্নমক তার[...] নিংথৌমচানিপা অদু নত্তনা মরুপ অহুম অদু মখোয়গা লোয়[...] লিবী অদুবু চিংনরমই। অদুবু নিংথৌমচানিপা অদুনদি [...] লৈমিননরকপনিনা নুপী অদু তংশংনা হিংচাবী নত্তে হায়[...] খ্‌লমই।

অসুম অসুম থোরকপনা মথংগী নুমিৎকী নুমিদাংরাই[...]

হিথাংকম অমা খেংনরে। হি থাংকম অহুদা মরূপ মরি অহুনে মুপী অহুনে থঙ্গীরম্মগা জহাজ অহু খোঙ্রে। মখোয় মঙা মখোংন কন থাপ্প চৎলকলে। মপোকভৈদগী মখোংন থাম্মা চৎলকতবনে অমদি মুপীগা ওইবনে নিংথৌমচানুপী অহু য়াম্না চোক্খৎরমই। থর চৎলগা মখোয় উ পাম্বী অমগী মখোংদা পোৎথারমই। ময়াম পোৎথানরিভৈদা অথুম অহাও থরা লৈরুনবা ললোনবগী মচানিপা অহু চৎখিরমই। অহুবু কন কুইরক্লবদস্থু পোৎ লৈবা চৎখিবা নিপা অহু হল্লকপা মরৈখিজ্রে। লাকমম্রুহুনা মথং মথং থিবা চৎনবদা মমৈদদি নিংথৌমচানিপা অহুগা নিংথৌমচানুপী অহুগদা মঙাইরকলে। মথংদা নিংথৌমচানিপা অহুস্থু মরূপশিং থিবা চৎল্রে। শোমদ নিংথৌমচানুপী অহুত মঙাইহৌরে। অশোমদনা মরূপ মরি পুম্না উনহুনা রাক্ষসীনি হায়না থম্মহুনা নিংথৌমচানুপী অহুদগী নম্থোক্লগা মমৈবাক পাংল্রে।

চৎখি চৎখিবা মী অমত্তা হম্মরক্তুবদা নিংথৌমচ নুপী অহু মথম্ভ বাজারয়োমদা চৎলকলে। মতম থর লাইরবা ইমুং অমদা চংজকম লৌয়মলগা মহাকস্থু সহর পাংনা মরূপ মরি থিবা চৎল্রে। সহর য়োরবদা মানা মাগী অয়াওবা সনা, লুপা, মাল চাং পুম্নমক য়োম্থোক্তুনা কজরবা য়ুম অমঃ লৈজুরে। অমদি য়াম্না নুংঙাইনপাল্লে। মমৈদা মানা সহর অহুদা লৈবা মী থুাদংমক শীংনশীংনহুনা চৌবর শামবা চৌরকলে। পোম্বাদি অপোবনা লুপা লাখ অমমম্ পীনবা। অস্নুম শীংনবা অহুদা মরূপ অহুম অহুস্থু

য়াওঙ্গে। পোস্থা পীব ঙমদহুনা জেলদা থমগ্রে। মমৈদা নিংথৌমচা অহু শারবদা তারে। অহানবদদি মথং মথং শামসি য়ানবা নিংথৌমচা অহুবু থোইহল্লে। অনিমক শুরকপদগীদি থনে থংনবা নিংথৌমচানিপা অহু পংপোদ পোরে। মমৈদা পৈশা পীনিঙাই লৈরক্ত বদা নিংথৌমচানিপা অহুস্থ অরাবদা তারে। মতম অহুদা নিংথৌমচানুপী অহুনা মাগী অওইবা মশক তাকথোকলে। মরুপ অহুমমক জেলদগী লৌথোকলুরে। মথোয় পুমমক অমুক হন্না শকথং মাইথংনরবদা হরাওবগী ঙমথৈ লৈনরমগ্রে। নিংথৌ মচানিপা অহুগী মমা মপা অনিমক মমৌনুপী অহুবু তরাম তরান্না ওকগ্রে অমসুং য়াম্না চাওনা লুহোংগ্রে।

লুহোংলবা মতুং থর লৈরগা মরুপ মরি অহুনা মথোয়না থেংনরকপা সাধু অহুদগী হিংচাবী হাৎনবা মন্ত্র তমলুরে। মন্ত্র অহু কংলবদা নিংথৌ মচানুপী অহুগী মপাম জমদা মথোয় লোইনা চৎখিরমই। মকম অহু য়োরগা শরু শয়াং পুম্নমক থোমজিন তাশিন্দুনা মী ওইনা অমুক হিংগৎহল্লে। অমুমা নিংথৌমচানুপী অহুগী মমা, মপা, বাড়ী সম্বন্ধ পুম্নমক উমরে। মকম অহুদা নুংঙাইন মতম থর লৈরম্বগা মরুপ মরি অহুনে নিংথৌ মচানুপী অহনে; মথোয়গী লৈবাক্তা অমুক হল্লক্তুনা নুংঙাইন পানখিরমই।

# অফাওবা ( মপুংফাবা ) মী অমা ওইগে হোৎনরম্বা নিপা

থাইন মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক্কী মচা অমত্ত পোকলমদে। মহুগীদমক নিংথৌ অহু য়াম্না নুংঙাইরমদে। নোংমদি সাধু অমা লাকলমই অহুগা নিংথৌ অহুদা হায়রমই—"হে নিংথৌ, নহাক্কা নচা অমত্তা লৈতে হায়না রারি। রাক্ননু ঐনা নংগী মহারাণীদা হীদাক অমা পীথকনি মহুনা নচানিপা অনি পোকনি। তৌইগুম্বসুং ঐনা হীদাক অহু পীথকপা তারবদি নংনা হয়েং নচা অনি অহু ফংলবা তুংদা নচা অমদি ঐঙোন্দা পাইনা তাই, অমনা নংগী ওইজো।" রাকম অহু নিংথৌ অহুদা কনা লুনা থোকলমই। অহুবু মাগী তুংদা লন-থুম অমদি রাজ সিংহাসন অহু শংহৌনবা মচা অমত্তা লৈররোই, মাগী মমিং মুংহৌরনিকো হায়না খল্লুবদা সাধু অহুগী রাকম অহু য়াবে। রাকম অহু য়ানরবদা সাধু অহুনা রাণী অহুদা হীদাক অমা পীথকলমই। মতমগী মতুং ইন্না মহারাণী অহু মচা অনি কংজরকই। অগাং অনি অহু নোংম নোংমগী চাওরকপনা চহী মঙা ওজিললকলে। অহুবু সাধু অহুদি লাকখিদ্রে। নিংথৌ রাণী অনিমক সাধু অহু অহল ওইরহুনা শিগ্রমালে হায়না খল্লোকলে। খল্লোয়গী অরাবম্ব অহুম কোকথ্রে। নিংথৌমচা অনি অহু মহৈ-মশিং নিংথিনা তমহল্লে। লানগী খুংগু-খুংসাই,

শগোল্ল তোংবা, থাং-তা অমদি তেল মতিকচানা হৈনবে। মখোয় অনিবু কল্লক্লবা মী লৈরক্তে।

অদুবু অরাবদি, অঙাং অনি অসিনা চহী তরাতরুক শুরকপা মতমদা নোংমা সাধু অদু লাকলে। অঙাং অমা পীরো নিরবে। নিংথৌ-রাণী অনিমক রাবনা থম্মোয় শোকপ্রে। মচানিপা অদু কায়নরনিকো হায়না থনবদা চরম কংপ্রে। অদুবু অমদি পীদবা য়ারোইদৌরি। মরমদি সাধু অহুনা শাওদুনা শাপ তৌরবদি থুদক অদুদা লৈরিবা নিংথৌ, রাণী অমদি কোনুং পুম্নমক উংকী মপৈ ওইনা তুমগদৌরিবনি। অদুবু লুরিবদি মচা অনি অহুগী মরক্তা করম্বনো পীথোক্লদবা? মচা অনিমক্কী প্রেমদি মমা মপাদদি চপ মাদ্রে। অকনবা লানকম অমা নিংথৌ-রাণী অনিমক্কী থম্মোয়দা কন্না শোক্লবা হৌরক-লে। মচা অনিগী হায়রুরবদি "ঐ চৎকে" "ঐ চৎকে" ভাক্ত হায়নরে। নহা অদুনা হায়—"তাদনা অহুল্লী, অহল লমলগী সেবা ভৌবিহৌ"; অহলনা হায়— "নংদি অঙাংনি, ইমা অমসুং পাবুংগী থম্মোয়গী মনিনি নং লৈহৌ।" অসুম ঙাইহাক কপ্প লাওনরবা তুংদা নিংথৌমচা অহল অদুনা সাধুগা চৎপদা তাখে। মহাক্না চৎলমদাইদ শুমাং মতোল অদুদা মখুৎমক্কা উ-পাম্বী মচা অমা থারমই অমসুং হায়রমই—"উ অসিমক ঐনি হায়না নিংবিয়ু। উ অসিনা ঈতেক তেক্না লৈরিবমথৈ ঐ করিস্থ অৱাবদা তাদে, অদুগা করিগুম্বদা উ অসিগী মনা নত্রগা মশাদা কংবা নত্রগা থুইথবা থোরকলবদি ঐ অৱাবদা তারে।

হায়রনা থনবিয়ু, অহৃগা মশাপুম্বা পুমকং কংলবদি ঐ লৈজ্রে হায়না থনবিয়ু।" অশি হায়নরগা মমা, মপা অমদি মচিনমনাও বিদায় তৌনরগা নিংথৌমচা অহল অহু সাধু অহুগা লোয়ননা চৎজ্রে।

মখোয় অনিনা মথং মথং চৎলকপনা মমৈদা জঙ্গল অমগী মাইকৈরোমদা পাংলকলমই। লম্বীদা অস্থুম অস্থুম চৎলকপদা লম্বী অহুগী নাকল অমদা হুইনাওবী মচা থর লৈবা থেংনরমই। মখোয় অনিবু উবদা হুইনাওবী মচা ময়ামহুগী মরক্তগী অমনা মমা অহুদা হায়রকই—"ইমা! ঐ মশক মতৌ চংখোল্লবা নিংথৌমচা অসিগা চৎমিন্নজগে।" মমা অহুনা য়াথং পীরকই—"চৎজ্রো।" নিংথৌমচা অহুনা হুইনাও অহু পুহুনা চৎখে। অস্থুম মথং মথং লাকপদা উ পাম্বী অমা লম্বী ময়াদা হৌরমই। উ পাম্বী অহুদা খুনুথরং অমগা মচা থরগা তোংলমই। নিংথৌমচা অহুবু উবদা খুনু মচা অহুনা মমাদা হায়রমই—"ইমা লাকলিবা নিপা অসে রাশি গুন কন কৈ, নিংথৌ মচা ওইরম্বা য়াই; ঐ মসিগা লোইননা চৎখিগেদো।" মমা অহুনা চৎখে হায়না য়াথং পীরকলমই। মহুমথু নিংথৌমচা অহুনা পুহুনা চৎখিরমই। অস্থুম অস্থুম চৎলকপনা জঙ্গল অহুগী ময়ায় য়োৌরকলে। মী তাবা থুল কন থাপহৌরে। মকম অহুদা সাধু অহুগী ময়ুম লৈরমই। য়ুম অহু উনাগী খাংপোক অমনি। সাধু অহুনা নিংথৌমচা অহুদা হায়—"নং ঐগা খাংপোক অসিদা লৈগদবনি, নংগী থবক্তা ঐগী লাইকৎননবা জঙ্গল

অসিদগী অকোয়বদগী লৈ হেকপনি। অদুবু অয়াং মাইকৈ অশোয়দদি চংলুগনু। করিগুম্বা নংনা চংলুরবদি কন্ড্রবশিংনা নংবু শোয়দনা হাংথগনি। অরাং অসিদগী নত্তনা নংনা মফম থুদিংদগী চানিংবা পোৎ চাবা য়াগনি, থকনিংবা ঈশিং খোঙলম অসিদগী থকপা য়াগনি।" সাধু অদুগী রাকম অদু নিংথৌমচা অদুনা য়ারমই। অয়ুক নোং হেক ঙানবদগী লৈ হেকপা চংখিরমই। অকংবা লৈ অদু সাধু অদুদা পীরমই। মদু কংলবদা সাধু অদু চংখিরমই অমসুং নুমিৎ তাপ্রকাওবা হন্নকলমদে। মরম অদুনা নুংথিলগী মতম পুম্নমক নিংথৌমচা অদু মথন্তু লৈবা তারমই। অয়াম্বা মতমদা মহাক্না হুইনাও অমসুং থুগুথমং মচা অদুগা লোইননা মথুত্ত লীরুং-তেল পায়দুনা কোইন শিকার চংলমই। নোংমদি মানা শজি অমা তেম্না থারমই। চৈনা-খোল কংলবা শজি অদু অরাং পাংনা চেনখিরমই। শজিনা চেনখিবা মাইকৈ অদোমদা নিংথৌমচা অদুসু সাধুগী রা অদু কাওথোক্তুনা কন্না তাম্নখিরমই। অসুম তাম্নরকপনা শজি অদু মমৈথংদা কজেনা শারবা য়ুম অমগী মনুংদ চংখিরমই। অদুবু য়ুম অদুগী মনুংদা শজি অদুদি লৈরমদ্রে। মদুগী মহুত্তা লাম্বা লৈতনা চঙখোল্লবী নুপী অমা কমদুনা লৈরমই। মমাং অদু-দনা টেবল অমগী মথক্তা চৌবর মরু ময়াম তাইনা লৈবা উই। নিংথৌমচা অদু স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম নিংথিজনা কজরবা শক্তম অদু উবদা পুমগুম গুমহৎখিদুনা উয়ুংবগুম লেপ্তুনা লৈংমই।

*Time does not waited anybody.*

## অকাওবা ( মপুংকাবা ) মী অমা ওইগে হোৎনরম্ব। নিপা

*Time is more valuable than money*

মশক মতৌ চংখোম্লবী অদুনা হায়রকই—"শকখংদবা, চংঙকউ, ঈশ্বরনা নংবু মকম অসিদা পুশিনবিরক্লবনিনা ঐগা লোইননা চৌবর অসি অমুক্কংদদি শাম্লরগা চৎলু।" নিংথৌমচা অদু রাকম অদুদা হরাওনা য়ারমই। মখোয় অনিগী পোম্বাদি—নুপী অদুনা খোইরে নুপা অদুগী খুনুগ্রং অদু লোবা নিপানা খোইরে মদুগা চপ মান্নবা খুনু অমা পীবা। অদুবু অহানবা শাম্লবমক্তদা নুপী অদুনা খোইখ্রে। নুপী অদুনা, হায়নবা মতুং ইন্না খুনুগ্রং অদু লোখে অমসুং উপাক্লা মখুম খুন্না পাত্র অমদা থাদখে। নিংথৌমচা অদুনা য়াদদুনা মথংগ অমুকস্থ শাম্লরে। হুন্দকস্থ পোরে। হায়নখিবা মতুং ইন্না নিংথৌ মচা অদুগী হুইনাও মচা অদুস্থ লোখ্রে। নিংথৌমচা অদুনা হায়জবদগী অমুকস্থ শাম্লরে। হুন্দকী পোম্বানা নুপীনা ঙমলে নিপানা মীনাই ওইবা, নিপানা ঙমলে নুপীনা মীনাই ওইবা। ওস্থোকপনি! হুন্দকমুকস্থ নুপী অদুনা খোইখ্রে। য়ানখিবা মতুংইন্না নিংথৌমচা অদু নুপী অদুগী মীনাই ওইবদা মত্তাখে। নুপী অদুনা নিংথৌ মচা অদুবু কারে অমসুং খুনুথরং থাদখিবা মফমদা থাদখে। তৌজিক্তৌ নুপী অদুগী অওইবা শক্তম উংলকলে। মতাক চুম্নগী অচম্বী নুপী ওইরমদ্রে, য়াম্না জাৎ থিরবী রাক্ষসী অমা ওইরমলে। মমাংদা চানবা পোৎ লৈরবা অদুদদি হিংচাবী অদুগী মচীন্দগী মতীল অর অর শিন্থবা হৌরকলে। অদুম অদুম ওইনমক হিংচাবী অদুনা নিংথৌমচা অদুবু খুমিৎ অদুদদি চাবিখ্রে। মরমদি খুমিৎ অদু হান্নমা মাগী চানবা চীঞ্জাক লৈ।

মতম অসিদা নিংথৌমচা অদুগী ময়ুমলোমদদি কপ্প লাওনরললে। মরমদি মহাক্না চৎলমদাইদা থারম্বা উপাল অদুগী মশা খর খুইজিল্লকলে। ময়াম্বনা খুদোংথিবা তারে খংলবদা মনাওনিপা অত্তুম্ম ময়াম্বা থিবা চৎকে লেপখে। মহাকস্তু চৎলমদাইদা ময়াম্বনা থারম্বগুম মখোয়গী শুমাং মতোন্দা উপাম্বী মচা অমা থারমই। মহাকস্তু ময়াম্বনা হায়রম্বা রাতা অত্তুমক হায়রমলগা শগোলশংদা চংত্তুনা মখোং য়াংবা শগোল অমা খল্লগা ময়াম্বনা চৎথিবা জঙ্গল অদোমদা পাংখে। মহাকস্তু ময়াম্বনা পুথিবা হুইনাও অমদি খুনুঞং অত্তুদগী লৈহোবা হুই অমনে খুনুঞং অমনে থেংনত্তুনা পুত্তুনা চংখ্রে। মথং মথং থোরকপনা সাধু অদুগী লৈকম অত্তু য়োরকলে। সাধু অত্তুনা মাবু উবদা হায়রকই—"নং থেংনবা য়াম্না করে, নংগী নয়াম্বা অত্তু ঐনা অরাংখংবা অশোমদা চালুন্তু হায়বা য়াদত্তুনা চৎলুরমালে। মহাকপু হৌজিক কল্লুবা ঙম্বগী আশা উদ্রে মরমদি মহাক হায়না হিংচাবীগী মখয়াত্ত তারমলগনি।" রাণী অত্তু তারবদা নিংথৌমচা অত্তু অরাং পাংনা থোক্রে। অস্নুম থৌরকপদা মুহাক্না শক্তি অমখক থেংনরমই অমস্তুং মত্তুদা তেন্না থারমই। শক্তি অসিনা অস্তুম চেনখিত্তুনা ফজঞবা য়ুম অমগী মস্তুংদা চেনশিনখ্রে। নিংথৌমচা অত্তুনা য়ুম অত্তুদা চংখিবদদি শক্তি অত্তুদি লৈরমদ্রে। মত্তুগী মহুত্তা মশক মতৌ ফজঞবী নুপী অমা লৈরমলে। মত্তু উবদা মহাক পুমঙক ভকখে। অত্তুবু সাধু অত্তুনা তাকললকপা মতুংইন্না হিংচাবীনি নিংথৌমচানুপী শাত্তুনা

লৈবনি হায়রবা খংলে। নিংথোমচা অহুবু উবদা রাজ কন্যা অহুনা চৌবর শীংনরকখি। নিংথৌমচানিপা অহুসু শাস্ত্রগনি হায়না স্নাথোকখ্রে। পোস্থাদি ময়াম্বনা থানখিবা অহুমক্কি। অচানবমক্তদা চৌবর অহু নিংথৌমচা অহুনা থোইরে। ছুইনাওবী মচা অহু কংলে। অনিরক শুবদসু মানা থোক্তরে, খুনুঙ্গং অহু কংখ্রে। অহুমলক শুবদসু উচিন-নাচিন্না থোক্তরে। পুথোকনিংঙাই লৈত্রবাননা ময়াম্বত্র ওইনা পুথোরকলে। ইথা থাজদনা মচিন-মনাও অনি অহু উন্নরবদা য়াম্না নুংঙাইরে। হিংচাবী অদুনা নিংথৌমচা অদুদা হায়রকই—"ঐবু হাৎকনু, নয়াম্ব কন্নবগী উপাই তাক্কে। <u>সাধু অদু</u> কালি লাৎপা নিপানি, মহাক্কী কালিগী লাইশং অদু পংলাপ লাপ্তুনা লৈবনি। মহাক্কি মী তরেৎ হাৎলগা পূজা তৌগদবনি। মদু হেক ঙমবদা অকাওবা নিপা অমা ওইরগদবনি। মী তরুক শুরবনি মহাক্কা হাৎখিবা, মখোয়শিং অদুগী শরু পোলাংসু লাইশং অদুগী মনুংদা লৈবনি। তরেৎশুবা মী অদুগীদমক্তনি মহাক্কা হৌজিক য়োকলিবদু। ঐনা হায়রিবসে—থাজদ্রগা নখোয় চৎতুনা য়েংলুচো।" মচিন মনাও অনিনা চৎতুনা য়েংলুবদা লাইশং অদু লৈরমলে। ময়াম্বা অদুনা লাইশং মনুং অদুদা প্রপ-প্রপ চংদুনা য়েংলুবদা মী মকোক ময়াম অদুনা হৌদুনা নোকলকলমই। মদু তাবদা নিংথৌমচা অদু ক্কিবনা থক থক নিকলমই। অদুবু মানা, নোকপগী মরম হংলুবদা

মী মকোক তরুক অদুনা অতোপ্পা মী অমা লাকলনি থনবদা নোকলিবনি হায়না থুমলকথি। মী মকোকশিং অদুদগী অমনা হায়রকই—"নহা ওইরিবা নিংথৌমচা, নুমিৎ থরনিগী মনুংদা সাধু অদুগী আশা থুংলগনি, মদুগীদমক্ত নংবু লাইশং অসিদা পুরক্কনি, নংগী নওক অদু ককথৎলরগনি অমসুং ঐখোয়গা লোয়ননা লৈররগনি।" অদুবু নংগী লম্বী অমতং লৈরি, মদু তৌরবদি নংগীসু ঐখোয়গীসু কগনি।" নিংথৌমচা অদুনা খুমলমই—"লম্বী অদু তাকপিয়ু, ঐ ওমলিবমথৈ হোৎনজগে।" হকচাং পোলাং অমনা হায়রকই—"নংবু বলিদান কৎননবা লাইশং অসিদা পুরকপা মতমদা নংবু কালী থুরম্মু হায়রকনি। অদুগা নংনা কালী খুরমলিঙৈদা নংগী নওক ককখিগনি। অদুবু ঐখোয়গী পাওতাক লো, হয়েং নংবু খুরমউ হায়রকপা মতমদুদা 'ঐদি নিংথৌমচা ওইনা পোকলকপনা পোকঙৈদগী অমুক্ত খুরুমজরক্তি। অদুনা খুরুমবা হায়বদু হৈজদে' হায়না হেক্তা হায়রকউ। মদু ভাবদা সাধু অদুনা নংজোন্দ খুরুম্বা তম্বীগনি। মতম অদুদা নংনা মাবু মওকশমদা থবৎ হেক ককথৎলু। মত্থু নংনা হেক তৌরবদা সাধু অত্থুগী লায়নিং কায়রনি অমসুং ঐখোয় পুম্নমক অমুক হিংলগনি।" পাওতাক অত্থু মুম্না খংজিল্লবা তুংদা মচিন-মনাও অনিস্থু থাংপোক তাম্না চৎখিরমই।

মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না সাধু অত্থুগী লাইনিংবগী এভমক

শুরকলে। নোংমদি সাধু অহুনা নিংথৌমচা অহুবু মহাক্না লোয়নননা কালীগী লাইশংদা চৎসি হায়রকলে। মরমদি তাকম্নু তাকনদে, হংম্নু হংনদে। তাকত্রবম্নু নিংথৌমচা অহুদি হান্না খংলব য়াকমনিনা য়ারে। মখোয়গা লোয়নননা মনাওনিপা অহুম্নু চৎলমই। অহুবু মনাও অহুদি লাইশং মনুংদ চংঙ্গলমদে। মনুং হেক য়োবগা সাধু অহুনা নিংথৌমচা অহুদা হায়রমই—“কালী খুরমউ।” নিংথৌমচা অহুনা হায়রকই—“ঐদি নিংথৌমচা ওইবনা কোন্নুংদ য়াম্না কেথোক-মৌথোক্ত য়োকললকই অহুনা কনাবুম্নু খুরুম্বা হায়বত্ত তৌরক্কে। অহুনা খুরুম্বা হায়বত্থ খংজদে। চানবীহুনা ঐঙোন্দ হান্না অমুক্ত তাকপিয়ু।”

সাধু অহুনা মহাক মশামক শাংজ্রোং শাংনা খুরুমহুনা নিংথৌমচা অহুবু খুরুম্বা তম্বীরমই। থুদক অহুমক্তদা নিংথৌমচা অহুনা সাধু অহুবু মশাগা মঙক্না তোঙান তোঙান তাহল্লে। তাঙ্গা অহুদা কা মনুং অহুদা থেৎলমলিবা হকচাং পোলাংশিং অহুম্নু হৌনা নোকললকলমই। মতম অহুমক্তদা কালী মশামক থোরক্তুনা নিংথৌমচা অহুবু ‘অকাওবা মী অমা ওইজরো’ হায়না বর পীথোকলে। য়াল্লমলিবা হকচাং পোলাংশিং অহুম্নু অমুক হন্না মীওইবগী রূপতা ওইরকলে অহুগা নিংথৌমচা অহুম্নু মরৈবাক্তা হনখিরমই।

---

# রাক্ষসীগী ৱারী

থাম্নন মমাংঙৈদা পংদা-শুদানবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মই। মহাক্কী লুপী অমা লৈজরমই। অদুবু মচাদি পোকলমদে। মহাক অসি য়াম্না তমবা মী অমা ওইরমই। মরম অদুনা মাগী শুক্নমল অদুনা মখোয় অনিদা চাবা ইমুং অদু কাওবা কোয়ক্লবা শুমলমদে। মতম অদুদা থংনবা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাম্লমই। নিংথৌ অদুগী মমা লৈতবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম অদু য়াম্না চাওনা তৌরমই। কর্ম্ম অদুদা হেক লাকলিবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্কী দান য়াম্না চাওনা চাওনা কংলমই। পাও অদু তাবদা অথাপ অথাপ্প মকম্মদগী ব্রাহ্মণ অমাদ চাকনিবা কয়া মকম অদুদা লাকলমই। পাও অসি পংদা শুদানরিবা ( ব্রাহ্মণ ) অদুগী লুপীগী মনাকোং য়োৎঞে। লুপী অদুনা ব্রাহ্মণ অদুদা মীশু পংচৎ মচৎনৈ থর চৎথোক্লুনা পৈশা লিকোল থয়দ ওইরবস্থু কংত্রা য়েংলুচো, লাইরবা হৌদোক্লত্রা ক্ষেসি হায়না হৌদোকলমই। ব্রাহ্মণ অদু অহানবদদি য়ারমদে। অদুবু মাগী লুপীনা তকমল্লবদা চৎকে হায়না য়াথোক্লুরে।

নোংমা অমুক অমা ব্রাহ্মণ অদু নিংথৌ অদুগী লৈবাক তায়্রা খোংশানখ্রে। নিংথৌ অদুগী কোনুং অদু মশানা থংবস্থ নত্তে, থংননবা হংবা খোৎপস্থ তৌরমদে। মমিৎ অনি অদুনা উরি-বা, মখোং অনি অদুনা পুম্বিবা মাইকৈ অদোমদা অদুম

চৎখ্রে। মরাইবক্তা থৌরিবস্তু মান্না থিরকলিবা কোন্নুং অচুগী মাইকৈরোমদা চৎখিদ্রে, শেরাঙ্গবা মাইকৈ অমরোমদা চৎখ্রে। মথং মথং চৎখিবনা মী পোং ভাখিদ্রবা, অমদি মপোকচৈদগী উাব্রবা পোত্ ভাক্তনা থম লৈরম্রবা মকম অমদা থুংলুরে। থুংলুরিবা মকম অচুগী সড়ক মাকল য়েংলোম ওইরোমদা লিকোল ভাক্তগী চীংচুম মচা মচা পৈতুনা লৈরম্বা থেংনরমই। মকম অচুদগী পংলাপ লাপ্তুনা পৈশা অমা চৎপী ভাক্তগী চীংচুম অমা পৈবা উরমই। চৎলি চৎলেবা মকম থুাদংদা নিকি চৎপী মখায় চৎপী অমদি লুপা-চৎপীগী চীংচুম চীংচুম পৈতুনা লৈরমই। ময়াম অচু উবদা ব্রহ্মাণ অচু পুমভুক ভকখ্রে। মাগী অভকপা অচু লোইভ্রিভৈদা লঙলবা, সনাগী চীংচুম অমমুক থেংনরে। মচুদগী পংলাপ লাপ্তুনা কক্ত্রবা য়াং চাওরবা দলাল অমা লৈরমই। দলাল অচু অশুম য়েংবদা কোন্নুং অমচুম তৌই। মচুগী থোং চংকম অচুদা মশক মতৌ চংগোনবী লুপী মচা অমা লেপ্তুনা লৈরমই। লুপী অচুনা ব্রাহ্মণ অচু উবদা হায়রকই — "চায়থোকইরবা ইবুংঙো লোংশনবিরকউ। ইবুংঙোনা ঔবু ভড়াং ওইারভৈদা লুভোংবিরম্বনি। হেক লুহোংবিরম্ব লুমিতুদগী ইবুঙোগী শক্তম উক্তরক্তবানি। নিতি লুমৎ থুাদংগী লাকচ্রা লাকচ্রা শঞ্জুনা লৈজরক্লিবনি। ভাসিদি ঈশ্বরগ্না থৌজানবিচুনা ইপুরোইবগী শক্তম অমুক হন্না উহনাবরে। লোংশিনবিরকলো, লমশাং লাকপগী চোকথবিরম্নগনি, থোং-খুৎ, হামদোক্লগা ফুং-ভাচন পোৎথাবিরাস।" পোকচৈদগীসু লাকাথাদ্রে থনব মকম

অহুনা থাম ওইজব্রবা রা অহু তাবদা ব্রাহ্মণ অহু ওকপন থুম থেংঙে। মহাক্না মহাক্কী অতোপ্পা করম্বা নুপী লুহোংখিবা লৈবগে হায়না খম্বা হৌরকয়ে। অঙাং ওইরিঙৈদা লুহোংখিবা কায়মত্তা লৈতে খঙ্গরুরবস্থু মমৈদা মামা নুপী অহুগী মশক মতৌ অমদি লল থুম্ অহুগী খল্লুবদা মাগী নুপীনি হায়না খল্লোকলে। মানা অম্মা খল্লিঙৈদা নুপী অহুনা অমুক হায়রকই—"চাম-থোইরবা ইবুংঙো, ইবুংঙোনা ঐবু ইবুংঙোগী নুপীরা নৎত্রব্রা হায়না য়াম্মা চিংনবিরি। অহুক কুইঞ্জখ লুহোংবগী রাকম পুম্নকপু নিংশিংবিবা ওম্বা হৌনদে। লোংশনবিরকলো, য়ুম আসম্ব কনাগী নত্তে—ইবুংঙোগীনি।" নুপী অহুগী করয়বা শক্তম অহুনা গুমহুনা ব্রাহ্মণ অহু ইমুংদা চংলকলে। ইমুং চংলুবদদা খংলে, মহুদি য়ুম অহু অচম্বা য়ুম্ নত্তে। য়াম্মা শজনা চাওনা শারবা কোন্নুং অমনি। অহুবু অঙকপদি অহুক য়াম্নবা, চাওরবা কাশিং অহুদা অতৈ অতোপ্পা মী অমত্তা ফাওবা উরমদে। নুমিদাংরাইরম হন্না চাবা চৎপা মতমদস্থু মীনি হ[illegible]বা জিব অমত্ত উরমদে। মী অমত্ত উৎদ্রবগী মরমদি—নুপী অহু চুম্নগী মী নত্তে—রাক্ষসীনি, মানা, কোন্নুং অহুদা পাললম্বা নিংথৌ অমদি মাগী বাড়ী-সম্বন্ধ, অহুদগ্ন নত্তনা লৈবাক অহুগী প্রজা পুম্নমক চাথোকখ্রবনি। অহুনা মী অমত্তা উবা ফংদ্রবনি।

রাক্ষসী অহুগা ব্রাহ্মণ অহুগা হাপ্পামুক লৈমিন্নরবা মতুংদা খোংম্বা রাক্ষসী অহুনা ব্রাহ্মণ অহুদা হায়রমই—"ঐ ইনাওনুপী

( ব্রাহ্মণগী লুপী ) ওইরিবী অদু য়াম্না উনিংলে। নং হয়েংমক চৎলগা মহাকপু মকম অসিদা থেমহৃনা পুবিরকউ, অদুগা ঐখোয় পুম্নমক লৈমিগ্নসি।” অসি হায়নহুনা শেল-থুম য়াম্না পুহৃনা ব্রাহ্মণ অদু ময়ুম পাংখ্রে।

শোমদনা মাগী লুপী অদু ওহোক্ক রানা লেললকুলে। মখোয়গী লৈকায়গী, নিংখৌ অদুদগী দান লৌরুনি হায়না চৎখি-বা মী পুম্নক হুম্নরকলে। অদুবু মাগী মপুরোইবদদি মহুল-লকখিদ্রে। ময়ামদা হংজবদম্ন খংদে উদেদা মহায়খ্রে। লাকমল-লক্কুবগুদা লম্বী লমখাংদ মীনা হাৎপিঞ্জ্রা হায়না খন্দুনা লুং-ঙাইত্ত লুংঙাইত্ত লেললকলে। অদুবু অম্মম্ন রান রান মপু-রোইবা কায়নবগী লুংঙাইত লুংঙাইত্ত লৈরিউেদা নোংমদি মপুরোইবা অহু মমল য়াম্নবা সনা লুপা অমদি কিজেৎ পুদ্রনা থুংলরে। হেক থুংলবগা মাগী লুপী অদুদ হায়ররে—“ঐগী লুপী অহল অদু সহরদা কোমুং অমদা লৈরমলে। মাগী মনাক্তদি সনাগী অমদি লুপাগী চৌং ঙাক্তনা পীক খল্লি। ঐখোয় হৌজিক অম্মক রানা লৈগদবগী শরুক মাগী মনাক্তা লৈরুরসি।” মপুরোইবগী তৌখোক লুংখোক্তবা মওং মতৌ অমদি য়াঙাং রাতা অদুদগী শোয়দনমক রাক্ষসী থেংনরকলম্মনি খংলমই। অদুবু মপুরোইবা অদুনা তকুমনবদগী লুপী অদুম্ন য়াদবা ঙম্ম্রেহুনা মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা লাকলে। মকম অদু য়োম্নবদা সনাগী চৌং, লুপাগী চৌং পরেং পরেং লৈরম্বা উবদা পুমঙক ঙকখ্রে। অম্মক ওক্লিউে

চৈরক অসিদা নক্লবা য়ুম অমদা মশক মতৌ কজঞবী নুপী অমা লেপ্লা উরমই। নুপী অদুনা ব্রাহ্মনগী নুপী অদুগী মতুকশমদা কোল্লহনা হায়রকই—"চংঙকউ ইনাও! ঙসিদি পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা নুমিৎনি, ঙসিদি নুংশিরবী ইনাওগী শক্তম উরে।" অসুম্না ওক্র খোৎনহনা মখোয় অহুম অদু কোন্নুং মন্নুং অদুদা চংমিঙ্খ্রে।

কোন্নুং মন্নুং অদুদা ব্রাহ্মণ অদু নুপী অনিনা সেবা তৌহনা চাগে মনিং শেৎকে মনিং তৌহনা অরাৎ অপা লৈতনা চহী তরামঙা তরাতরুক পাল্লকলে। তশেংনমক মহাক নুংঙাইবগী সমত্রুদা তাওহনা লৈরে। অসুম হৌখিবনা মচা নিপা অনি ফংজরে। রাক্ষসী অদুনা পোকপাডনা অহলান, মাগী মমিং 'সহস্রডাল' (মথুং ১০০০ লোংবা) হায়না কৌই। মাগী তশেংবা নুপী অদুনা পোকচবা অদুনা 'চম্পাডাল' হায়না খোল্লে। মচিন মনাও অনি অসি অনকপদা লাইরিক তমকম লৈতবনা য়াম্ন থাপ্প থাপ্প শগোল তোংহনা লাইরিক তম্বা চৎলমই। ব্রাহ্মনি অদুদ অমুক কুইরবাস নহাক্কী মচে ওইরবী রাক্ষসী অদুবু চিংন চিংননা লাকাল। অদুবু রাক্ষসানি হায়বগী চপচাবী প্রমাণ অমত্ত ফংলমদে অমদি রাক্ষসী অদুনসু মীওই-বনা চৎপা হৌনবী শাজং অদু অহুম মচংাল। কারণ মপাল থোকপা থবক অমত্তবু তৌরক্তে।

নোংমাদ ব্রাহ্মণ অদুনা মতম লেনবা ওইনা শিকার

চৎলমই। শিকার অত্তুদা শঙাই অমা কারকলম্মী। কারকলিবা শঙাই অত্তু শুমাং মচি অমদা থনমই। মত্তু উবদা রাক্ষসী অত্তুদি চানিংবনা তিল চুমলমই। খাংবা ঙমলকত্রত্তুনা মমৈদা রাক্ষসী অত্তুনা শঙাই অত্তু কা মচা অমদা পুশিললগা চাথোকলমই। মচেৎ খরদি চাগনী মকমদা থনমই। থোদোক অত্তু ব্রাহ্মনি অত্তুনা উহৌরে। অত্তুবু মত্তু কনাদম্ম হায়দোক্কে না মথংদা অমুক অনিরক কারকপা শা অসি ইতৎ-তৎতনা মাংলকলে। অস্তুম্মা ইতৎ তৎতনা শা মাংবা অত্তু উরত্তুনা নোংমদি ব্রাহ্মনি অত্তুনা রাক্ষসী অত্তুদা তমলমই। রাক্ষসী অত্তুনা য়াম্মা শাওনা হায়রকই—"ঐবু অত্তু শুম্ব শা চাবা মানব্রনে?" ব্রাহ্মনি অদুনা খুমলমই—"কনান থংগনি, হেক চাথোক্লম্বস্থ য়ারিপোৎনি। অদুগা চাদে হায়বদুস্থ খংবনা কৈ।" রাক্ষসী অদুনা মশাগী মীনম্বা অদু খংদ্রে থল্লমই অমস্থং মাগী অশাওবদু ব্রাহ্মনি অদুদা পুল্লপ তাইনদুনা লমন খুমলগে খনদ্রে। ব্রাহ্মনি অদুস্থ রাক্ষসী অদুগী রাখল অদু ভাবনা খংদ্রে অমস্থং মখোয়গী ফুরা শাবা য়ারে খনদ্রে। নোংহেক ঙাল্লকপদা মখোয়পুম্বা চাথোকখিবা তারে খল্লুবদা অহিং তুম্বা য়ারমদে। নোং ঙাল্লবদা মচানিপা অদুনা স্কুল চৎলমদাইদা মশাদগী অমুত খর শুমলগা সনাগী পীক্রুবা পাত্র অমদা হাপলদুনা মচা অদুদা পীরমই অমস্থং হায়রমই—"নংনা স্কুলদা লৈরিঙৈদা অমুত অসিনা ঙাংশিললকপা উরবদি নহাকী নপা অসি হাৎখ্রে হায়না

খল্লু, মথং মথং অমুক হেন্না ঙাংশিল্লকলবদি নমা ঐবু চাপোকখ্রে হায়না থল্লো। মতম অদু য়োরবদা নংস্থ নশা হিংনবা ঙম্বা মখৈ লাপনা চেনখো নত্রবদি নংবুস্থ শোয়দনা হিংচাবী জামনা চাখোকখ্রগনি।”

ঙরাং অহিংদগী হিংচাবী অদুনা ব্রাহ্মণ অদু মাগী মুপী ব্রাহ্মনি অদুগী মনাক্ত চংবা থিংখ্রে। নোংঙাল্লকপদা হিংচাবী অদ্‌না ঙস্তানা তৌগংলগা মাগা লোয়ননা অথাপ্পদা লৈবা ঠিদেল অমদা ইরুজমিন্নগনি হায়না পুদ্‌না চংখ্রে। ব্রাহ্মণ অদ্‌স্থ হামেং অমোমগুম মতুং ইন্নদ্‌না চংখিরমই। মতৌ অদু উবদা ব্রাহ্মনি অদুদি মখোয়গী হিংগদবা মতম পংকুই কুইরক্তে হায়বদু খংলম্মী। অদুবু মাগী করি গতি লৈ? রাক্ষসী অদুনা মরাইবক থিরবা ব্রাহ্মণ অদু তুরেল মপান্দা পুখোক্লগা মশা অদু মচেৎ মচেৎ শেন্তুনা চাখোকলে অদুগা য়ুমলোমদা অমুক হল্লকতুনা ব্রাহ্মনি অদুবুস্থ পুমযোৎ য়োংখোক্‌খে।

অশোমদা অঙাং ওইরিবা চম্পাডালনা মমানা হায়রকপা মতুং ইন্না অস্থম য়েংলিঙৈদা অমৃত অদু অস্থম অস্থম ঙাংশিললকপা উরে। মতৌ অদু উবদা চম্পাডালনা ইথং খংহৌদনা মপা হাংখে হায়না কন্না লাওখিরমই। মথং মথং অমৃত অদুনা পুমঙাং ঙাংশিল্লকলবদা মহাক্কী শগোল তাম্না কন্না চেনশিনখে অমস্থং থৌদুনা চংখে। চম্পাগী মতৌ অদু উবদা মন্নাম্বা

সহস্রডালনা অথাম্নদগী লাওরকই—"ও চম্পা, নংনা চৎলিবহুবু কদাইদনো, নংনা কপলিবহুনা কম্নিগীনো ? ঐস্থ লাক্কে ওাইখোও !" "ঐগী ইনাক্ত লাকহু, নহাক্কী নমানা ঐগী ইমা, ইপা অনিমকপু চাথোকখে, নংস্থু ঐবু চাথোকলগেম্না ?" "নত্তে, ঐ নংবু চাথোকলোই, ঐনা নংবু শোম্নদনা কনগনি।" ম্না অসি হায়ন হায়ন চম্পাডালগী মতুং ইন্না শগোল খোরমই। মতম অসিদা সহস্রডালনা খাপলপ্না মমানা 'হিংচাবীগী রূপ্তা চম্পাডালবু কৌম্ন কৌরহুনা কম্ন তাম্নমকপহু উরে। মহাক্কা চম্পাডালগী মহুত্তা ঐ লাক্কে হায়না চংশিনখিহুনা নাকন্দগী থাংশাং শৎতুনা মমাবু মশাগা মঙকা তোঙান তোঙান তাহল্লে।

মথাক্ত হিংনবা চেনখিবনা চম্পক্তি ফন শাংনা য়োখিম্নমলে ! অহুবু সহস্রডালনা মহাকপু লমখাংদ কংলে। সহস্রডালনা মমা হাৎখে, হায়ম্নবহুস্থ চম্পক্তি খোইদোক্কা স্থুংওাইবা ঙমলমদে। মম্নমদি ম্নাক্কসী অহুনা শিঙ্খিবৈদা মমা মপা অনিমকপু হাঙ্গনা চথোকখবনি। অহুবু মচিন-মনাও অনিগী প্রেমদি কায়নম্নমদে ! মখোয় অনিমক শগোল অমমম তোংলহুনা থোথখে। নুমিৎ তাগদবা ওাইহাক ম্নাংলিবৈদা থুঙ্গং অমা থেংনরে। মখোয় অনিমক খুঙ্গংহুগী মচীনতোংবা ইমুং অমদা অতিথি ওইনা লৈরে। মখোয়না লৈকম্নিবা ইমুং অহুগী মীশিং অহু অম্নাবা কীভমদা লোইনা লৈবা উম্নমই। থম্ন অমনা অরুবা ম্নাকম্ন অমা থম্নরি, থম্ন অমনা থম্মোম্নশোম্ন কপলি। যুম

অতুগী য়ুম্বুরেম্বী অহল অমুনা খর লাওরপনা হায়রকই—"ঐনা অহম্নিনা ঐ চৎলুরগে। ঐদি কুইনা পুনশিরক্লবনি, হৌজিক শিরবস্থু ঐগী শিগদবা মতমদগী চহী অমা অনি মঙাই ভনখৎলে হায়রবদা।" ইমুং অমুগী খ্বাইদগী নহা ওইারবী নুপীমচা অমুনা হায়—"ঐনা ইমুং অসিগী খ্বাইদগী অঙাং হায়বদু থোকই, ঐ লৈরগা ইমুং অসিগী থোইদোক্লা হেন্না কায়বস্থু লৈতে অমুনা ঐ চৎলুগে।" অস্নুম্না য়ুম্বুরেম্বী অদুগী মচানিপা অনি অদুস্থু 'ঐ চৎকনি, ঐ চৎকনি' হায়দুনা অমগা অমগা য়েংনবা হৌরকলে। ইমুং অমুদা তাম্নরিবা রাকম অমু মুন্না খংলুত্রবস্থু মখোয় মখোয়গী মাইখোংদ তারিবা মমি অমদি ভাংনরিবা মঙং অমুদগী মখোয়গী অরাবা অহ উরমুনা সহস্রড লনা য়ুম্বু অমুদা মরম হংলমই। য়ুম্বু অমুনা খুমলমই—"ইবুংঙো এখোয়গী লৈবাক অসি রাক্ষসী অমনা ওৎ নৈরে। চায়রিবী রাক্ষসী আসনা য়ুমলোম্নবা লৈবাকশিংগী জীব অমা ফাওবা থাক্রনা লোইনা চাখোকখ্রে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিগীস্থু নিংথৌগা য়ানবা মতুং ইন্না নোংমগী অমমম লাইশংদা চাকথাক হুন্নু তাকপিরে। ঙসিদ ঐখোয় ইনুংগী পাল্ল তারে। অমুগীদমক কনা থাসিগে খল্লরিবনি।" মতু তাবদা মচিন-মনাও অনি অহু ভাইহাক খল্লরে অমুগা সংস্রডলনা হায়রমই—"অমুগীদমক্ত ওইবিরবদি চিংনবিরুগনু, অদোম্ন: ঐখোয়বু চংজফম পীনবিবগীদমক ঙসিগী পাল্ল অসিদ ঐখোয় ৎক্তা ওইজরুরগে।" য়ুম্বু অমুনা য়ারমদে মরমাদ য়ুম্বুনা আতিথি সেবা তৌগদবনি, আতিথিনা

য়ুম্বুগী অরাবা মহুৎ শিন্নদে। অচুবু মচিন-মনাও অনি অচুনা কপ্প য়ানবা মণ্ডদা তরুয়কপদগী কোন্থংদা য়াবিরকলে।

মমালি মমালরকপা মতম অচুদা মচিন-মনাও অনি অচু লাইশং অচু তাম্ন চংখ্রে। মতুংদা খোং লোনশিন্দুনা লৈখ্রে। সহস্রনা মনাও অচুবু তূমজরো হায়দুনা তূমহল্লে। মহাক্না হিংচাবী অচু লাকপা ভাইরকলে। নঙা ওইরিবা চম্পক অচু থুনমক তূমথখে। নোংয়াই মতুং ওইরকপা অচুরাইদা হিংচাবী অচু ঙুং ঙুং ঙংলদুনা লাকলে। খোং অচু থীল্লদুনা হায়রকই— "মীশা চানিংই়দা, মীনম নমইদা, মনুংদা কনা কনা লৈ?" সহস্রাডালনা খুমলকই—"সহস্রডাল অমম্বং চম্পাডাল ভাকলি, মশা পানবা শগোল অনি অমম্ব শংলি।"

মচু তাবদা হিংচাবী অচু ঙুং ঙুং ঙংলদুনা চংখে। মরমদি সহস্রডাল অসি হিংচাবীগী ধারানি হায়বা খংখে। পুং অমরোম লৈরগা অমুক ঙুং ঙুং ঙংলদুনা লাকলে। খোং অচু থীল্লদুনা লাওরকই—"মীশা চানিংইদা, মীনম নমইদা, মনুংদা কনা লৈ?" সহস্রডালনা তাম্ন খুমখিবা পাওখুম অচুগুম চপ চানা অমুম খুমলমই। পাওখুম অচু তাবদা চংখে। অম্বুম্ন পুং অমরোম তারকপগী অচুরাইদাদ সহস্রডাল অসি তূমানিংলকলে। মনাওনিপা চম্পাবু হৌদোকলগা, হোয়েন হিংচাবী অচুনা হংলরগা মানা খুমলিবা অচুগুম খুমউ তাক-লমলগা তূমথখ্রে। পুং মরিকা তাবা অচুরাইদা হিংচাবী অচু

অকিবগী মশক কংলবা শব্দ অমগা লোয়ননা থুংলরে। অমুকন্থু চায়ররে—"মীশা চানিংঙৈদা, মীনম নমঙৈদা, মন্থুংদা কনা কনা লৈ ?" শব্দ মতা অদুগা হংলিবা রাহং অদুগা চম্পা পাখংখিদুনা ময়াম্বন তাকলম্বা অদু মথং মনাও কাওথোকখ্রে। মহাক্না খুমলকই—"চম্পাডাল শংলি, সহস্রডাল শংলি, মশা পানবা শগোল অনি শংলি।" পাওথুম অদু তাবদা হিংচাবী অদু অকিবগী মশক কংলবা শোনফমদা হৌনা নোকলগা থোং অদু থুদেক্তুনা চংলককে। থোং অদু থুদেকপগী মথোল অদুনা তুমলিবা সহস্রডাল অদু মীকপ থোরকলে। থুনমক হৌগৎতুনা নাকন্দা য়াললিবা থাংশাং অদু শৎলদুনা হিংচাবী অদুগী মঙককশম অদু কপথংলে। হিংচাবী অদু লাওখোংলদুনা মাগী চীংনুক চাওরবা হকচাং অদু মখোয়গী মমাং অদুদা চীংজাও অমা খিনখুম তুথরকলে। সহস্রডালনা অককপা মঙক অদু নাকন্দ থমলগা ভুমথখ্রে। নোং ভাল্লকপা মতমদা শীং য়ানবা মীশিংনা থেংনরকরে। অহানবদাদি মখোয় করি পোৎনো হায়বসি খংলমদে। অদুবু কোম্থংদা মখোয়গী লৈবাক্কী মাংন তাকনবা ওইরিবী হিংচাবী অদুনি হায়বা খংলকলে। থুদক অদুদা মখোয়না নিংথৌগী হুকুম অমা নিংশিংলকলে—"কনাগুম্বা হিংচাবী অসিবু হাৎপা ঙম্বা মীদা ইচানুপী পীগনি অমদি লৈবাকম্থু দান তৌগনি।" থুদক অদুদা হিংচাবী অদুবু হাৎপনি হায়বা কনাগুম্বা অমত্তা চোংথোরকপা উদ্রবদা মখোয়না মনা অদু লৌরসি থম্বরদুনা নিংথৌদা হিংচাবী অদুগী হকচাংগী শরুক থর ককলগা

পীরুরে। নিংথৌ অহুনা অশেংবা অহাংপা মীশক খংননবা মাগী মন্ত্রীদা ঙরাং কনাগী চাকথাক পাল্লি তাবগে থিযু হায়না খংহনথ্রে। ইমুং অহুনা নিংথৌদা মখোয়গীদমক্তা অতিথি অহুনা চৎথিবগী রারী অহু লীরে। রারী অদু তারবদা লাইশং অদুগী থোং অদু কাওখায়দুনা য়েংবদা মচিন মনাও অনিদুনে শগোল অনিদুনে লৈরম্বা থেংনরে। নিংথৌ অদুনা মাগী লাওথোকপ্রবা রাকম অদু ঙাক্তুনা মচানুপী অদু সহস্রডালদা লুহোংবিরে অদুগা লৈবাক তঙ্খায় অমত্থ পীথোকলে। চম্পাডালসু কোনুং অদুদা ময়াম্বগা লোয়নন। অদুম লৈরে।

সহস্রডাল অমসুং চম্পাডাল অনিমক য়াম্না নুংশিননা অমদি য়াম্না নুংঙাইনা মতম খর লেল্লে। অদুবু মখোয় অনিগী মরক্ত নুংঙাইনদবা অমা লাকদৌরি। লম অদুগী মহারাণী (সহস্রডালগী নুপী) অদুগী মরম ওক্লবী মীনাই নুপী অমা লৈরমই। মহাক অসি ইমুং মনুংগী থবক তৌ হায়দুনা হেক পীরিবা খুদিংমক্তা লৈথোকপা অমদি ঙমদে হায়বসি হায়খিব্রবা মীত্তা অমনি। মহাক অসি নুপী ওইবগী তোপ তোপ্না গুণ কয়ানা লৈত্তেংই। মবুদ্ধি মরৌশিংদা অমদি তৌথোরকপা খরক্তা মাগ লাম্বা পাবা অয়াম্ব মীনা খর য়ানা থোকই। অদুনা মানা নোংমতং লাকহৌত্রবদি কোনুং মনুংগী থবক অয়াম্ব পুংহো হেক্তা হোই। তশেংবদি, হায়রিবী মীনাই অসি মী নত্তে—রাক্ষসী অমনি। মহাকী করিগুম্ব অনিংবা অমদগী কোনুং মনুংদা মীনাই

নুপী শাদুনা লৈবনি। অদুনা নুমিদাংদ ময়াম্না তুম্থবদা মাগী অশেংবা রূপ পুথোক্লুনা মচিঙ্গাক থিবা কোইনা চৎলি। মরমদি কোনুংদা ফংলিবা মীওইবগী চানরিবা চিঙ্গাক অদুতনদি মহাক্কী মবুক থম্দে।

চম্পাডালা অদুদি মথন্তু লৈবনিনা নুমিদাং নুমিদাং অসি কোনুং মনুংগী অচিকপা মফম অমদা চিঙ্গং তংতনা তুমলমই। মতুদা মানা মীনাইনুপী অতুনা মশক ওন্থোক ওন্থোকলগা শন্, চিরোই, হাংমেংলিংবা চাবা অদু থালকলমই। মীনাইনুপী অদুস্থ চম্পাডালনা মাগী থবক্তা অপনবা ওইদে হায়বাস থজলমই অমসুং কমদৌরগা চম্পাডালবু কোনুং মনুংদগী তান্থোকখিসিদে হায়না থনবা হৌরকলে। কোমদি নুপী পোকপীদা হেক্তা চৎদুনা হায়রে—"শনখ্যা চিংখ্যা, ননাই শ্রীদ কোনুং মনুং অসিদা লৈজবা ওইজররোই, ঙয়া চিঙ্গুংতোগী মরূপ চম্পাডালা অসিনা শ্রীবু করেম্নদুনা লাইনে, ননাই শ্রীদ চিঙ্গং মাংগদবগী শক্তি ডিকা লিদুনা চাজরুবনা হেন্না কৈ কিঙম অসিদা ননাই শ্রীবু লৈজো তাকপিরমদি চম্পাডালনা চৎখবা, চম্পানা লৈবা ডাগন ননাই শ্রীনা চৎখিবা—অদুম অসিগী মনুংদা সনা য়াথং অমত্তা পীনদিয়ু।" মীনাই নুপী অসি লৈজ্রবদি কোনুং মনুংগী থবক অদু পুংহো হোবা ওরবদা রাণী পোকপীনা ময়া চিঙ্গুংতোদা চম্পাবু চৎহনখিনবা হায়রকলে। সংস্রডালনা শন হোংনদুনয় থম্ব ডমথোইদোরি। কাংরগোই থল্লদুনা চিঠি

অমা ইরদ্না চম্পাডাল্না লৈত্রিবৈঙদা থমহল্লুরে। চম্পানা হেক থুংলবগা চিঠি অত্থু থেংনরবদা ইকায়-খুংশি য়াল্লনা মাগী শগোল পুথোক্ত্না কোম্নুং থাদোক্ত্না চৎখিরমই।

চম্পানা তোংলিবা শগোল অত্থু থোইদোক হেন্দোক্লা শক্তি লৈবা অমা ওইরম্বনা পুং খরদংগী মম্নুংদা মাইল লিশিং লিশিং চৎলমই। অমম্লুং মমৈদা অভকপা কংনা চাওরবা অমদি কঙ্- রবা কোম্নুং অমগী থোঙ্গোন্দা থুংলুরে। শগোলথক্তগী থুনমক কুমথত্থনা কোম্নুং মম্নুং অত্থুদা চংলমই। মানা চংদি চংলুরে অত্থুবু মম্নুং অত্থুদা কনাগুম্বা জীব অমত্তু উবা কং- লমদে। অত্থুমাদ ওইরবদা কাশিং অত্থুদি নাম্না নাম্না লৈরমই। মত্থু উবদা চম্পা ভকপনা থেংশ্রে। অস্থুম অস্থুম চংশিনখিবদা মমৈদা নানশ্রবা কা অমদা স্বর্গগী জগোয় শাবীগুম নিংখিরবী অমা কজশ্রবা কম্নুং অমদা হিপ্তুনা লৈরমই। মহাক ইশি শিনা তুমলি। নুপী অত্থুগী তুমলিবৈঙদা উরিবা থোইদোক হেন্দোক্লা কজশ্রবা, নিংখিবা পুম্বনা লৈত্তেংলবা হকচাং অত্থু উবদা মত্তিল চুমলমই। অস্থুম য়েংশিনখিবদা নুপী অত্থুগী মকোক ময়াদা সনাগী চৈ অমগা, লুপাগী চৈ অমগা লৈবা উরমই। চম্পানা লুপাগী চৈ অত্থু লৌরমই অমম্লুং নুপী অত্থুগী মশাদা শোকলমই। অত্থুবু মত্থুগী কজ করিম্থু লৈরমদে। সনাগী চৈ অত্থু অমুক লৌরমই অমম্লুং নুপী অত্থুগী মশাদা শোকলমই। সনাগী চৈ অত্থুনা হেক শোকপগা নুপী অত্থু হৌগৎলকলমই অমম্লুং হৌগৎলকপমক্তদা মমাংদ শকথংদবা নিপা